মরিজুরা খুদোল

# মতগী চিরাং তান্নরিবে

( বারিমচা )

লাইতোনজম নীলমণি

*"Manggi Chirang Tannaringei"* **a book of Manipuri short stories, written by L. Nilamani Singha of Gouranagar and published by Numitlei Publications, Rajbari, Lanka on 26th January, 1981.**

অহানবা ফোঙবা – ২৬ জানুয়ারী, ১৯৮১ ইং।

●

ফোঙজবা — নুমিৎলৈ পাব্লিকেশন্স, রাজবাড়ী, লংকা, আসাম।

●

কপি — ১০০০ (লিশিং অমা)

●

নম্কম — আর্য্যজ্যোতি প্রেস, লংকা।

●

মমল — লুপা ম...

●

কংফম — মণিপুরী লাইরিক ... অয়াম্বদ।

●

মথুম পুথোকপা — শ্রীতরুণ চন্দ্র ভূঞা।

●

মথুমগী ময়েক য়েকপা — খগেন।




(স্বত্ব পুন্নমক অইবগীনি)

# কৎথোকচবা

থমমোই মাদি ৱাঙ
লাইবকনদি নেম
পীনিংব লোইনা থঙ
ঙমদ করিস্সু তম,
ননিং থুংখিদ ৱারৌদ
ইচে কুন্দো, ইঙেমচা
তোম্বী য়াউ নখোইদা
তম্নি খুদোলসে পুন্না।

— নীলমণি

# হীরম লামাই





# ৱাহৈ খরদং

তাইবংগী খ্বাইদগী হেন থোইনা কজবদি—মংলাননি। ভাবনা দলান শা, ৱাখলনা পৃথ্ৱিথুংনা কোই, অদুগুম্বকীসু ঈক্লাংমদা লেং-লেং লাউ, পুকনিং শুমহৎন লৈ মংলানগী কোন্নুং। ওইনিংবতা ওইহল্বা ওম, তৌনিংবতা তৌব ওয়ৱা থম্মোই মবুঙোগী শান্নকমনি।

ৱাকচিংগী উলেন মরক, অইংবা, ঈশিংগী পুখ্রি মনুং, অহিং তিংদুনা লৈখি— বিজান্দোনা, লাপ্পা চাক্লিবা মৈরি মথম্মোইদা চিংশিল্লগা। অদুগুম্না, তাইবংমীনা হেক্রা তায়নরকই মংগুম্বনি হায়না, মথম্মোইগী অনিংবদু ৱাখলনা লাম্ব ফংঙক্কবদা। ওইথোক্কবা খৱুগী চিন্তাদ মুংনাংহল্লি— ওরংদা কোইপায় পাইরিবা ফাঙমদ্রবা চিরাঙ তান্নবগুম। অরেম্বগী অরেম্বাঙাক্ত ওইরক্কুনা অনুতাপ তৌনরকই কান্নদ্রবগী মরমদা। পংথৈদা, পুন্সিনা পুন্সিবু মীনম্নকই—অথাং কম্বগী লীচিং ৱাংম লানখিদুনা।

তাইবংদা মুংঙাইবা পামদবা কনানো ? হীনিংদবা কনানো ? অদুবু থঞ্জে হায়বা অদুমঙাই। কপ্পা কপ্পা অদুম্মক গৌখ্রি পুন্সি। মদুগুম্না চাংদম লৈত্রবা পুন্সি কয়াগী মমি তারকখি "মঙগী চিরাঙ তান্নরিঙে" হায়বাসিদা। খোংগুল্লক্তা মখোক লোয়দনা হেক্কোক্কুনা তারম্বা, অদুত্তম্মু নত্তনা অমুক্কা কয়া অমান নেৎশায়রমদুনা শিংনা শারম্লবা লৈরাং খরগী পুন্সি ফিদননা ৱান ৱান শেমজিনজখিবা শিঙেল নাচোমনি। মুংঙাইতবদগী থম্মোইশোক্লা হোৎজরুবনি। অক্ষ-ফত্তগী থোংজিন্দা নীতিগী চৎতুনা ৱানোমজরুবদা "থম্মোই শেংনা কৎলবদি লৌবিরোইদবা কবিনো ?" হায়না তাকপিরকই।

থম্মুংদা রাথলগী জগোই শারম্বা, মন্থুগী লেংত্রবা খুদমনি। কল্পনান মতোয়না ভিক্রি হৎলকপদা থাংব ওন্নিক্ত্রুহনা সমাজগী থোংজিন্দা, কনাগী পুন্সিগা চাংদয়ররক্লবা য়েংগমদা, তরায় তরায় শক থংনহম্বা থালোকখরে। থোইরুম্না ওইবস্থু অমুত্তুং য়েংশিন্নবা ওয়রদি রাজমনগী থরদি কায়রে হায়না লৌজগনি।

"মংলান অমা"— সুমিৎলৈদা, "শাদাম্বদা"— নোংপোক মৈরাদ, "পোনগী চেক্লা" অমস্থং "পীরাংলক্তা শাম্নবা মমি"—থৌগলদা, "লৈনা লিশিংদা পক্লকপা চেংজেল", অমস্থং "লৈই অমগী রাংমদা"— মতমগী সুমিৎলৈদা হায়না কোংজপ্রবনি।

প্রেসনা থজিক খুদোংচাখিদবদগী ময়েক লাম্বতা নত্তনা প'রং ওইনা য়ার্উরমদবা ফাউবা থেংনবিগনি। মন্থুগীদমক্তদি মন্থুংগী রাথলদা মুংশি মীৎয়েং থম্বীগনি আশা তৌজরি। অপংবগী পাঙ্গলদি নোল্লুকচবনি —— ওাকপীগনি।

গৌরনগর
২১।১।৮১ ইং

লাইতোঞ্জম নীলমণি

থল্লীদবোয়। ককচেং মচা অমা হাৎপগী থৌদোক্ত মখোইগুম্বসিগা চাংদম্নরগা নংগী করি কান্নরিবা?

নোং ঙাল্লবগী রানি। "ঙসিগী পাউজে" হায়বা পাউ চেগী অগাম্বা লমাইমক্তদা থেংনরুরে কুমুদিনীন শিখিবগী পাউ অদু—"পুলিসকী মচিন চৎপা মীদগী ফংঙকপা পাউগী মতুং ইন্না ঙরাং সন্ধ্যাবাইরম গাড়ীগী মমাংদ চোংশিন্দুনা মী নহা অমা "সুইসাইড" তৌরকই হায়রি। মদুগা মরি লৈনরবা মপ্যুরোইবনি হায়না খংনরবা চাউরেন, পুলিস বান্টেডিং লৈরি। কেস মথং চৎথনবা হোৎনরি।

লাই অমগী খুৎশিন্দগী রিপোর্ট পীখিবা ডারোগা বীরেণ, কোক কেক থেংলৈ। পীক্লিঙৈগী লাইরিক তম্মীন্নরকপনি। পুক্লিংগী রা অমত্তা লোৎনদনা ফংনবা খুদিং রারি শামিন্নৈ, নোকমিন্নৈ। ঙসিসু মহাক্না মংঙামতা হৌদোরকই—"বিনোদ! ঙরাংদি শিকারীগী লাংদ লীৎথোকপা ঙমখিদ্রবনা চাউরবা শা অমা থুরম্মী। অদুবু মহাকী লৌবিমলনা হেনগ্রবদা তুপিন্না থাদোকপ্রবনি।"

ঐনা খংজিন্নদবা শাত্নুনা হংলুই—"করম্না মঙংগীনোনে?"

"তপ্পা ঙাংঙুবা! মী অতৈ তাখিনি। অসিগুম্বসে মরক মরক্তা খরা য়াম্না থোক্লকপা লাই খুরম্মীবনি। নত্রদি করম হীংবা ঙমগনি ঐখোইদি।" নোক্ল নোক্লা একাগাড়ী তোংখৎতুনা চৎখি। করিসু হায়বা ঙমহৌদনা য়েংহুনা অদুম লৈহৌরে।

চাকরি থিবদা মমৈ মকোক খংদ্রবা মধুনা য়ু তপ-তাম্ন থকচিন্নগা হায়রং হায়রং চংঙক্তুনা হায়রকই—"তাইঙো! হুইনা চীক্লবদি খুদোম্বীমুক চাউবা য়েতুম্না পুক্তা থিনগদৌরিবনি। কিরক্লোইদ্রনে? লাপ্না থৈদোক্তুনা চৎপীয়ু কৈদৌগে?"

খরা চৎথোকপ্রগা অমুক্তা লাউরকই—সালা বদমাশ! ইঞ্জিনিয়ার সাহাব। লুপা লিশিং নত্রদি থবক ফংলোই হায়দুনা ইমাগী উল্লকপা সম্ম্য ষণ লোইনা লোইশিনগ্রবা? চহী অনি চুপ্না মণ্ডগী চিরাঙ তান্নরিবৈ ঊশাসু মাহল্লবা......? খংগনি হন্দক্তি। করম্না পৈশা লৌথোকদবা ঐসু খংই। মধু ঐসু মাগুম্ববুদি থবক পিবা ঙম্বনি হায়বসে খংদ্রিমাল্লে?"

লোইফাভনা লোক খুন্নকই। ঈ খরসু ওথোক্লকখি। চৎপা ঙম্মক্তুনা লম্বী মপানদা হায়থত্নুনা তুথখি। ময়াদ কোঙ্গোল কাপমখৈ ঈশি শিন তুন্নকই।

খংহৌদনা জ্বম-জ্বম লাউনা নোং তারকখি। অয়ুক্তগী মুংশাগী মৈশাদ খাংব ঙমদনা চাকথেকখিবা লৈমায়থক্কী ঈফুল অচু তুম্বক তুম্বক তাশিল্লকখি। মুংঙাইনা মং তন্নম্বা মধুসু য়াওল্লক্তুনা ঈফুলগী মরক্তা পিশক পিকশিল্লক্লে।

খল্লকই— "হৌগ্রবা মংলানদা লোৎখিবা, মী ওইনা হীংনিংবগী আশাদ ওলাং ওমচাক্লখিবা মধুনা, নোং মরক অসিদসু করি খন্দনা মুংঙাইনা তুমত্নুনা লৈথোকপা ঙম্নিবা? কুমুদিনীগী হকচাংগুম ময়ামগী মমাংদ অমুক পুথোকনিংখিদবনা পুন্সিগী পোৎথাব তম্লিদরা? মখোই অসিগুম্বগী পুন্সি কয়ান ঈফুল ওইরগা তুম্বক তুম্বক তাশিন্দনা লৈরিদরা সাহাবক্কী থোংজিন মপানদা?"

খংহৌদনা তন্দন ময়াম পায়রক্তুনা কুফেৎ কাফেৎ শান্নরকখি— অমুক্তং কন্না হাকথি খন্দোকখিবদা। তন্দন'শংদো মী মখোক পান্বা চিন্নাঙ কয়া ওইরক্তুনা ল'উরকখি- "বিচ'র পাম্মী বিচার। অচুম্বক লৈরোল চনখিবা য়ারোই। ম'খাইসু মীনি, ঐখোইসু মীনি, মীগী মীগুন্না অচুম্বা রায়েল পাম্মী— হৌজিকমক, খুদকসিদা ......।"

মধুনা লুচিংঙকই। মতুং কুমুদিনীনি। অতৈ খরসুনি। ঐবু কোইশিনগে তৌবমক্তদা কিমনখিত্নুনা হোটেলদগী ঈশি' খরা লৌরগা মায়-মিৎ শেংনা তাথোক্লম্মী।



# লাঙ্গৈথুং পক্লবা তাইবং

"ঐগী শিবদা কনাগীসু মরাল লৈতে।"

—৺সুবদনী

পুলিস অমনা মোন মখাদগী চেজেৎ অমা ফংওক্লুনা ডারোগাদ পিরকপত্থু চেপথ-চেপথনা মশামক্লা ইরম্বরা য়েংওকই। পুলিসত্থদা হায়রকই—'মমাদু অত্থক কৌরকউ।"

মমা চংওকই। ডারোগাত্থনা হংওকই—"ইমাগী ইচনসিগী মীং সু দনী কৌই। নত্রা ?"

"মানি বাবু"—মমান খুন্নকই।

'হীংলিঙৈ কনাগ য়াম্না তিন্নবিবগে ? হায়বদি নিপা নত্রগা মতারোই কনাগুম্বী সুপীজাগ ..........?"

"থোইনা খংজদে বাবু! অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরকপা মমান্নবী-শিংত্থদি লোইনা ময়ুম পানখিবনা মফমসিদ লৈত্রে। মশমকসু ময়ুম পাল্লবগী মতুং কোইথোকখিদ্রে. লোনদিন্নবসু উখিদ্রে।"

"লুহোংবদি কয়া কুইবিরবা ?"

"চহী অহুমলোম হায়রম্লদরা ?"

"মপুরোইবত্থনা কদাইদা. করি তৌবিরিবা ?",

"গৌহাটীদা অয়েল রিফাইনারীগী অফিসার ওইরি।"

'ইচলনা লুহোংখিবসি হান্নদগী খংনবা লৈবনরা ? নত্রগা করম্বা মংংদা লৈপুন ওইখিবনো ?"

"নিপা মচাসে গৌহাটীদা থবক তৌব কুইরক্লে। হন্নক্তা অফিসারগী ফম ফংলিবনি। মান লৈরিবা অত্থগী মনাক্তা মামশিং অমা লৈ।

মহাক্কী মতেংদগী সুবনা খরনি লৈতুনা কলেজ তমথখি। লোইরকপগা স্কুলগী ওঝা ওইহনখিবনি। ঐখোয়গী কনা লৈজদ্রে। ইমা ইচাতনি। মফম অসিদা লৈরিবা য়ুমফম অসিতনি ইরল হায়ববু। ঐদি মাবু পুবা ঙমদতুনা লাইরিক তম্বা তোকহল্লরবনি। মাগী ওইনম্বা কন্নখিতুনা মামগী মনাক্তা চৎখি। মতম অদুদগী মখোই অনি খংনরকখি। লুহোংবগী রাফম অনিমক্তগী ফংলকখিবনি। মামনসু য়াম্না পামনা তৌবতুদা মখোইগী লম্বীদা য়েংশিল্লদরে। লুহোংলবা মতুং থা অমা অসিদা লৈরম্মী। থা অমা অনিগী মরক মরক্তা অতুম নোংমা নীনি লাক্কনা লৈরে। য়াম্না খোইদান তিন্নজবা ইচা-ইয়ানি। করি খন্দুনা থোকখ্রিবা হায়ফম খংদ্রে ....... ........।"

"নয়া নিপাদদি পাউ পীবিথ্রবরা ?"

"অঙাং অমদা টেলি তৌব থাখ্রি। খংতুনবু মতম চান থুংঙবা ঙমগদ্রনে ? মাগী থবক মচিন মরাক অদুদা ?"

"অসুক্কুইবা লৈরকপদা নোংমতা লৈমিন্নরুরগে হায়খিদরা ?"

"ইচান্নুপীনা নোংমদি নোক্ক নোক্লা হায়খিংগুম তৌই। "ইমা থবক থাদোকপনা করদ্রা খংদ্রে। হকচাংসে ইহৈ হৈনিংঙক্করে। অঙাংশিংনা থৌশারক্তবগা ঐনা তন্নকপগা মান্নরক্কদৌরে।" তৌইগুম্বসুং অতম্না হায়বদি তাখিদে। করম্নসু চৎখিনি—মমা ঐবু ইদোম লংথোক্লম্মগা ? কনা লৈহৌদ্রে খংনা খংনা। মশামক লৈনা লৈনা মশাগী মরৌ ফংঙক্ত্রবা মতম অসিদবু ?"

"অতুদি ইমা ! ইচনসিনা ইবা খুৎই ইমাদি খংবিগদ্রা ?"

"খংগনি বাবু।"

চেজেৎতু পূথোক্তনা য়েংহল্লি।

রাইটিং পেডকী চেবাং অমদা ময়েক লান লেংলম্মী। উবামক্তদা মপী শিম্বনা কপ্লকই—"মানি বাবু মশামক্কীনি।"

"ইমা ! খৎনা চৈনরমগনি হায়বা থাজক্ক দবদগী হংদবনি। হৈ শিংলবী মুপীজা ওইবনা কনাদসু য়েংপী হোদনবা লম্বী শিল্লম্বনি।

# মওগী চিন্নাঙ তান্নরিঙৈ

"কেশ! হায় কেশ! পাণা শেঙ্গাহু পরপ পরপ পুরকউ। চিনসে করিনো অমা তৌরে। .......... তাশিন্নদ্রিবন্নাও নংবু। মসিগী অঙাংসে নাপ শেন্দানবসিনা। হায়বা অমত্তা তাহ তাহ খক তৌরোই-দবনি।"—মখুৎ তৈথোক তৈথোকনা সমরজিৎনা লাউরকই।

........"চন্দ্রানু! কেশ কদাই চৎপ্রে? য়ুমসিদা ওহাক্তা তঙ তান লৈবা হৈনদ্রি'সিবু? ......অঙাং লৌবনা তল্লিবা। থাদোকপ্রসি হায়ববু ংনা য়াখিদ্রবনি। কনা লৈজদ্রে খল্লুবদি ঈকোক্তা নেৎলক্ক-দোরে।"—য়াম্না শাউনা চন্দ্রানুদ অমুক ওনশিন্দুনা ঙাংলকই।

"কেশদো পাণা মনা লৈরকপা কাউরে হায়দুনা ছুকানদা থাগ্রিয়ে। করি অমুক তৌরগে, অদুক মীপায়থিন কৌরি'দুবু?"—ইমুংদগী চন্দ্রানুনা হংওকই।

"করিবু তৌই হায়গে? পিতৎ পাতৎপা মচা থম্বগী অন্নাবনিদনা? ঐনা ঙাংব অমত্তা নংনা তাখিবরা হায়বা? ......অঙাং শান্নৌ হায়নি—অঙাংন অমদা থাদোক্লগা মার্ব্বল শান্নদুনা লৈথোক্কনি। পোৎ লৈরুচো থাখিনি থৌশা উশিত্তনা লৈথোক্লক্কনি। ......... নংদি খংওরোই? ওসাইত পোৎ তিক্লকপদা পান খরা য়াউরক্তুনা ওাগ থোংলিবত্তু। লেংবনা ওা ফাউবা চাব য়াদ্রে। ইলিশাগ পানগা হায়নরিবনি। চাদ্রিবনিনা কদাইদগী খংগনি?"—ঙাংন ঙাংন থবক চৎনবা মফী শেৎচিল্লি।

"পানতা পম্বদা লেংগম্বা মীগী হৌনবী তৌরিবা ওইরিনি। পাননা লেংহুনবু মী শিব য়াব পোৎলনে?"—চন্দ্রানুনা কেশবু কনথৎতুনা খুন্নকই।

"নংস্থ মাগী মীচং চংলিবোইরে। মপুনা চাম্ব মীনাইনিনা মান তৌবতা কত্রদিকো। নীতিগী থাউ তৈৱগা নান্দুনা থম্নবা হোৎনৌ। নংবুস্থ কাউথোক্লম্মগা চৎখিনবা ?"

মতাং অসিমক্তদা কেশনা পাগা খরা পায়হুনা চংঙকই। অলেম্বা পৈশা খরহুনা অঙাংগীনি হায়হুনা চকলেট খরস্থ লৈরক্লম্মী। মচিন্দ অমথক উম্নগা হরাউ হরাউ গোং চোংহুনা লাকই।

"কেশ! হায় কেশ!"

"বাবু!" কিমনখিহুনা লেপ্পগা তঙক তঙক য়েংলকই।

"নংগী ওপাইগী পানদো কনাদগীনো ?"

"কমলপুরগী কুমুদিনীনা য়োল্লম্বনি বাবু"

"অফবা খন্দুনা পুরকপা য়াদরাও? চৎলু হৌজিকমক। অলেম্বা খরহু মমাংদ হৈদোক্লচো। অহুগা হায়রম্মু—ঐখোইগী বাবুদি অসিগুম্বসি চাগদবা মী নত্তে। পৈশা খরগী অস্তম্বা নমথক তৌগদগী শরুকপুদি ঐখোইদা কোল্লিক চাম্মো লাউ হায়য়ু। চরা নাম্মগীদি রাহল্লোয়। অরেম অপাত চারস্থ শোইদনা মবুক্তি থনগনি।........ঐনা হায়রিবসি অমত্তা চিংথদনা তম্নমগদবনি খংলররা ?........ নংস্থ মঙোন্দগী নত্রদি লৈনিংঙাই লৈখিদ্রবনিনে ?"

কেশনা পায়তুখাউদা হাপচিল্লগা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা শাগ্রবা মুংশা মরক্তা কৈথেল তাম্ন পুখিবহু চাকশংদা লৈরিবী চন্দ্রামুদি গুপ্নগী খংহৌদ্রবনি।

কুমুদিনীগী মীৎলু অনিদা খাম্ব ওমদ্রবা পীরাংন শাম্নরকখি। কর্নিগীনো খংদে অহুক্তা মতিক মপাঙ্গল শোল্লকলিবা ? লাঙ্গৈর-অনংগী পলম্নুংদ লৈহুনা পুস্লিবু খুবাক্ত হাপ্নগা মাংথান পুরকপা—মহুগী তৌবিমল, মহুগী মথৌনা ওসিদি গুপ্নগী লৈখিদরে।

মগাক্রা অমুকস্থ পাম্লি—তাইবংমীনা সংসারগী লানফমদা মায়থীহুনস্থ নীংরম্বগী রাখলনা থুমহৎপা ওমদ্রবা অহুগুম্বগী অথাব মরিংজেল অদু।

মমা মপাগী মশাইগোন্দা তাংলিঙৈ নুংঙাইবগী ঈন্নাংন নমহৎতুনা মশাপুন্বা অঙকপা ফংনা হন্নাউন্নম্মী। নুংঙাইবনি খন্দুনা থাজন্নকপনি। পাংগল মন্নাং হৌন্নকপদা লোইনা লংথোক্লম্মগা চেল্লকখি। পুন্থুনা লাকখিবদি মশা মশাগী থম্মোইতনি।

চহী অমা মপুং ফাদ্রিবা নন্নাবু মথাদ কোল্লগা কৈথেল পোৎন্মোন্বী ময়ামগী মন্নক্তা লুকমাই হাত্নুনা লেল্লকপনি। হীংননবগী লম্বীতু মীকুপ অমত্তা পোৎথানিংদনা থিন্নকপনি; অহুগুন্নবী নুঙ্গা ওইবী মহাক্না শিন্থন্নক্লিবা মীৎলু ঈন্নাত্থু খাম্নবা হোৎনবদা মায়থীবা কংলিবা কন্নিগীনো?

লাইন্নবগী মহু কল্লবা লায়নান থম্মোই লায়ুমদা মহুম শাত্নুনা কুমলৈনা ওইনা লৈশ্রবস্থু নমথাক্কী শান্নবুংদ মীকুপ অমতা য়াউহন্নিং-খিদ্রবীনি।

কৈথেল ময়াইদা হৈদোক্তুনা থনম্বা পান মতুম খন্নত্থু মমিৎতা শং-শং উন্নি। ময়ামগী মমাংদ খুংগোয়নন্নম্বা মীনাই অহুগী মপু অহুত্তবু মমিৎ অনি উইশিন্দুনা খাংলবদস্থু ময়েক শেংনা উন্নক্লি।

হৌপ্রবা স্মৃতি অমনা কুমুদিনী ওৎ-নৈবা হৌন্নক্লে। থন্নুংদ লোৎখিনবা হেৎনবদা খোনাউদা অহুম্মক পন্দুনা লৈন্নকখি। হল্লকই— "সমন্নজিৎনা পৌক্লিঙৈ ফমুং মথক্তা লোংখাক লোংন হীপ্লগা নোংথকী থন্নাম্মীচাক থীন্নন্নিবনি। ফক্লাং অতোবগী নাকন অমদা চরুগী মোম্পাক থান্নগা কথা শেগায়বা অমগা মমা মচাত্ত লেল্লকপনি। নহানত তোকখ্রি মমান মুন্নি য়োম্বা। খুবাক কুন্নোন হুত্থুনস্থু মচাগী খন্নদা অন্নাব খংজখিদ্রবী মমান চান্ননাম হেল্লগা য়োকখিবনি। লৈকান্নগী য়ুমলোন কয়াদ চৎলগা পন্নীক্ষা পিনবগী পৈশা লৈতে হায়ত্থুনা নিখিবত্থু মহাক্কী মপানস্থু হাপখি। অহুগুন্নবগী পুন্সিনা কন্নিগী লাইন্নববু তুক্কৎচনা খল্লিবা..........?"

লৈখোম্ন লৈনাং মন্নক্তা শান্নত্থুনা চাউমিন্নন্নকপা সমন্নজিৎ গৌহাটীদা লৈবা মথুন্নাগী মতেংদগী ইঞ্জিনিয়ান্ন সাহাব ওইন্নে, ঈকায়খুম্নন্নক্লে। যৌবনগী অয়ুক অঙন্নদা পুন্সি অনিনা মনিং তম্না পুন্সিচুপ্পা শান্নহন্নিংখিবা সমন্নজিৎকী বাখলনি। কেন মৌন হৌজবী কুমুদিনীদি মত্থুবু তুক্কৎচনা খন্নদগী মশাবু কংত্তবনি খল্লিবা লোকনুংত্থুদগী কন্ননবা হোৎনখি। ঈকান্নবা

পিবা নত্তনা অতৈ পাম্বে লৈরকখিদে। মতমত্তুদা লমন খুম্লিংখিবনা মখা চিক্তনা খাংখিবা অত্তুগুম্লবা হৌগ্রবা মংলানগী স্মৃতি অত্তুবু সমর-জিৎকী মথংম্মোইনা কাউরবিদ্রা ?

সন্ধ্যাবাইরম মমগু-মমগুরকপদা খংহৌদনা মী পুংখি। ঙরাংত হীংবগী মমি উরম্বী চাদে হায়বগীস্থ রাক্তখিদ্রবী কুমুদিনী, গাড়ী চকাগী মথাদ পোৎথারম্লে। থরাই য়াউদ্রবা হকচাং পোলাং লৈমাইথক্কী ঈফুলক্তা তান্থুনা লৈরকই। ইমা হায়বা খোঞ্জেলনা তনিক তনিক কপ্লকই— মরোল নীংথিনা ঙংব থোক্তিব্রা মথাদগী নাস্থখিবা অঙাং নবাহুনা।

কৈথেল কাবদা পুরম্বা লুক্মাই অত্তু সোরোক্কী নাকন্দ মথক মখা ওস্হেক্লগা হয়েংমখৈ পুবিনবা লৈতরে হায়বগী রাখল তোরম্মী। অহনবা কণ্ট্রোলগী ফৈজোম অমা ঈফুল মরক্তা ফীথুপ কাঙ্গদনা তান্থুনা লৈরি। মপুরোইবগীদমক তম্বীগদগী লৈবিরকপা ওইরিদ্র ?

হৌজিক্তা লেংথৈনখিব গাড়ী অত্তু ইঞ্জিনিয়ার সাহাব সমরজিৎকীনি। মশামক্লা থোখি। করম্না তক্লম্বা খংনহৌদরে।

ঙহাক লৈরগদি অঙাং অত্তু পমখৎলগা পীরাংনবা নিপা অমা ময়ামত্তুগী মরক্তা উৱকখি। মফি মরোল য়ংম্না মোংলি। মশাপুম্বা লৈখোম লৈনাং ঙাক্তনি। লৌরাং শুরম্বগী অফিং-অফা চেনখৎলকপনি। মহাক্কী মমিৎতগী খাম্ব ঙমদনা শিল্পুরক্লিবা পীবাং খরত্তু তৈথোক্কনি খংলমদে। হুংশি মগুংলাংগী তম্বীনি পুরকপা পামু খুদোল অত্তু লৈমাইথক্তগী খুনগৎলকই। কপ্পা কপ্পা মশাত্তু কুপশিম্বীরগা তেংথারকই, "রারোগম্নুকো কুমু! নোংমদি পেন্না নোকমিন্নখিনি খন্দূনা মগুগী চিন্নাঙ তান্নৱিঙৈ নংবুস্থ মাংহল্লবোয়। হাল্লম্মস্থ ঙাইরম্মুকো। নদোম করম চৎকনি ?"

হে তাইবংপান! থল্লুবদা অৱাবনি। বিচারগী মপুনা শেম্লম্মীবা আইন অত্তু লাইরবগী শরুক্তি শুপ্নগী থুংবিরমদরেোয়! য়েনাকখুম্বা অমদি অচৌরম কাব কাংবুনা ফৌদম কাহুনা লৈখিনা অতৈ কনাগী চংজফম

অচুম্মকপু পোষ্ট মোর্টেমগী দমক্তদি হুম্পিগা নদা পুক্কম্বা তারি। ইমাগী হায়নিংবা করি লৈরিবা ?"

"অচুদা বাবু। ইয়াতু লাকপা ফাউবতদি থম্মিংবনি। মশামক্লা অরোইবা মতমগী কীভমসে উক্লহৌরদি হুংঙাইরোইগ্রদো ?"

" অচুম্বনি ইমা মতম খবদি ঙায়দে হায়ববা। পুলিস অনিথক থমজরমগে। ইমাবু খবা য়েংথোকপীয়ু। মথৌ তাবগা অমুকম্মু উম্নবক-খিবা হায়বচুনি। য়ৌজবগে ইমা।"

" য়াম্না ফ'নি ইবুংঙো। ইচাগী কনাম্মু লৈজদেকো। শিবমক্ত-দম্মু রাখিদনবা খবদি শিন্নবিয়ু।"

ডাবোগা চৎখি। মথং মথং লাক্লখিচুনা য়ুম থল্লকদোবে। সুবদনী খবনি মমাংদগী হান্নগুম ইম্মান মান্নবকখিদে। মুমিৎ অচু অয়ুক অঙম্ব-দা হৌগৎলগা মচিন ময়া শেংদোক্তুনা ভস্তানা লুক্কথোক্লম্মী। চা লোন্দুনা মমাদা পিথোকই। ইমুংগী থবক চিৎথদনা লোইশিল্লম্মী। মমানা থংনবা য়ুমদা কোইথোকপা চৎখ্রিৱৈ মফি মবোল অহম্বাশিংচু উপুদগী লৌথোক্লগা শেংচিল্লম্মী। সানা লুপা লোয়না পুথোক্তুনা চপ চানা লৈশি লৈথোল্ল-ম্মী। মপুরোইবগী কোটো অচু মাংদা থম্লগা মুম্না য়েংচুনা কপ্লকই। বাইটিংপেড লৌথোক্লগা কবি কবিনো খবা ইচুনা মোন মখাদা অবোইবা থম্লকই। মপুবোইবগী মনাক্তগী চিংনা চিংনা য়েলগা কপ্না কপ্না আবোইবা বিদায় লৌথোকলম্মী।

গেলোন্দগী হৱা খাইদোক্লে। মশাপুম্বা চোৎহল্লগা মৈখেৎ খেৎচুনা চুখৎলকই। মমিৎ উইশিন্দুনা কয়াগী মতিক রানা খাংখি। কাইন-থংদা লৈমাইথক্তা ওন থোইনা খাংলকখি। থরাইনা লৈঙমদনা পাইথো-কগ্রবা মতমদা মমা থুংলৈ। মতৌ অচুদা কিমনখিচুনা কোইলাউ লাউবকই।

মী পুংলকখি। থানাদা তাকলুই। ভাইহাক লৈবগা পুলিস অনিগা ডাবোগা সাবুগা ইনভেস্টিগেসনগী লাকপনি।

অয়ুক থোকখিবা থৌদোকনি। মুমিদাংবাই য়োরবামক্তদা থুংলত্র-বত্নদদী হস্পিতালদা পুখিরম্মী। পোস্ট মোর্টম লোইবগা মমাদা শিন্নরকই।

ময়াম্না শ্মশানদা পুজয়ে। মৈ চুখৎপগী মতাং য়োরকপদা মুমিৎ-দাংগী পুং তরা তাখিরম্মী। তাপ্পা অত্নক্তদা মণিহার আওাউবা গুম চেল্লকই। নীকুপ খরদংগা চোম্বরুন্নগদি তাইবংগী মনেমচাগ উম্নবা ফংলম্মোইদবনি। অশিবা মশাত্ন কাই মথক্তা শিংনা ননশিন্দুন লৈবম্মী। রাই-রাদে খংখিত্রবনা মথম্মোইগী থাজনা মঙান পিরকপা অত্ন করিস্ন থৌশারমদে।

কপ্পী মণিহার মপী শিন্থে বর্ষাগী তুরেলগুম। "মনেমচাবু তরাই তরাই খন্দোক্তুনা লাপ্পা লৈখিবদগা কাঙনা মৈশা লাংগনি"—খল্লকই।

মচিন্দা মুরুম মুরুম শোন্না মৈ চুখৎলকই। মোংকম ওইনা লৈহৌরে সুবদনীগী হকচাং পোলাংনা লৈরোন চনখিগা মকমত্ন।

মণিহার কনাদস্ন করিদগীনো হংলমদে। মথরাই মুংঙাইতত্নস্ন মথোদি পাংথোক্লম্মী। পাপ্রাশিংদা চঙহৌরে।

কর্ম লোইবগা গৌহাটী চৎখিরম্মী। মথক্তা ঙাইহৌরে মনেমবোক। অমুক্তইবা মদোম লৈঙমদনা ওলাং ওমচাক্লখিবী, উপায় লৈরক্তুবনা পুন্সি মতম চাইথরকপা ঙাইজরি।

সুবদনীগী মথৌ মঙম লোইরমত্নুনা ওরাং মুমিদাং রাইরম গৌহটীগা থুংঙবনি মণিহার। মপান মাংগোলগী ইঞ্জি চেয়ার থারিবত্নদা কম্নগা লৈরিঙৈ অফিসকী হেডক্লার্ক চংঙক্তুনা চিঠি অমা পিরকই—"সাগারনা চৎখিবগা রেজিষ্টার ওইনা ফংজবনি। কনান পিরকপনোদি খংজদ্রে। পার্শেনল ওইনা তৌবত্নদা হাংদোকচরুত্রি।"

চিঠি অত্ন মখুৎ তিংথোক্তুনা লোরম্মী। ছায়রকই, "নোংম নীনিগা অফিস চৎখিরোইসিরা খল্লি। য়ান্না অলুবা চে-চাং লৈরবদি পিয়ন্দুদা পিত্নুনা থাবীরকউ। হকচাংসে ইমুং মুংঙাইত্রি। ডাক্তরগা অমুক্তা উমত্নুনা নীংথিবা রারি শারনিংঙি।"

হেডক্লার্ক অত্থু ফম্মু য়াদনা লেপ্লম্মী। খুয়কই-- "য়াম্না ফনি সাহাব। অসোমদা অত্থুক থোকচক্লখিগে।" চংখি।

মণিহারনা চিঠি অত্থু হাংদোক্লনা য়েংলবই। সুবদনীনা ইরম্বনি খংলকই। মপী চত্থুম অমা তারকখিবা খংগোদে। উবদা মকোক ঙাউরকখি। শিখিবগী মরম শোইদনা য়াউরমগনি খন্দুনা মপুক্লিং চংনা পারকই—

ভারিবরা নংবু—

ঐ লাক্লে, হৌগৎলো হায়মি করি তৌরিগে। তুম্লিবরা ..... ? ঐ খংই নং তুমদে। তুমশিন্নরিবনি ঐনা হৌদোকপা লাক্লবা হায়দুনা। নত্তরা......... ? চাসে ইংগ্রনি থক্লাক্লো হায়বা ...? করিনা নংনা খল্লিদো ? করি ? হায়দ্রস্থ খংলনে। ঐগীনি ............ ঐগী। নপুক্লিংগী আশা থুংহম্বগী মতিক চাত্রবী ঐগী। পুন্সিগী লমশাংদ নোকমীয়বগী মরম লৈত্তবনা করি তৌশিগে খল্লিবনি। নত্রদো ...... ?

ঐসু খল্লি ...... নংগুম্না মরক মরক্তা। করিগুম্বদসু চৎনা চৎনা মং মংই। অঙাংগী মীকপ ত রগা খঙতুনা মীকপ থোকই।

অয়োমা ..... ...অত্থুক কন্নবু শিকপা হৌনবরা ? নারে হায়মি............। খুজিলগী দাগকম লৈরম্লনি। শাউরবরাও.............. অমুক্তা নোকউ হ রবা। ঐনা লাল্লে। হয়েংমখৈ হায়জররোই। নাগে নাজসনু। নংনা হায়বতা ইনগনি, অপাম্বতা তৌহনগনি লাক্লগা করিগীদি ননিং তমহল্লোই ? সে নয়াত্থু কাথোকউ। কা মতপসে ইনগে। তৌরেনে অমুক্তসু .........। খুৎ তৎলম্মবদি করম তৌনি ? নংগী খুৎতৎপীদো হায়না মীন নোক্লখিরোইদ্রা ? ঐগী নাববুদি ঙহাক লৈরগা কজখিনি।

ইসে............... ঐদি কাউথোকলুরে। নংনা নকোক চিকই হায়খিবদো। টেবুল ড্রয়ারদা টেবলেট লৈবনি লৌক্লখিগে.......। ঈশিং রাউদনা য়োৎপা ঙমগদরা ? টেবলেটসি হায় থোনাউদা তাহন্নু ঈশিংতুগ' পুন্না য়োৎনববা।

খরা করবরা····· ? নরাইবক্তা নম্বীগে সে। খরা নুংঙাইবরা য়েংউ। লাইবকসি অসুক য়াম্না শাব ? নশা ঙাক্লান ? টৈমপারেনার কয়া লৈবা য়েংশিরা ? ঈমʼইপেমা চাʼমগা অনিনিনা ʼসিʼদি। ঈমুং চংসি কমুʼদা হীপপু। মপানদা হৈজিক লাʼঙনু অনাব হেনগ্রনি। তুমশা হেʼৎনৌ হায়বা ···।

নংগী ষ্টেলোদ নোংমা হʼয়খিবদাই কাউরবরা ? ঐʼস নংগী লায়েংবা য়াম্ন হৈ। ইথুৎনা শোকপদতা ফবঙুম তৌই অহুনা মতম চান থুংলরিবনি। খংবিরবরা ? তুম্ময়ু কনখরা হৌরুগে নংগী চান্না। ঐনা চৎলিবসে লাপ্না নত্তেকো ? চাকথুমদনি ·························· চাকথুমদʼ। নং তুম্বা থেম্নম্মু। থুনা লোইশিল্লকে।

থম্মোইগী থাজও ··················। ঐনা চাকথুমদগী থোরকপদা নংদি তুম্নম্ম। ঐনা তম্লিংবা পাউ তমদ্রি। ঐনা লাকপগী মরম নংদি খংদ্রি। নংগী মুংঙাইনা তুমজবা ঐনা কৈদৌঙৈদসু শোগায়বরোই। নংনা তুম্লিʼঙ ঐদি চৎখিবা তারে। নংদি করিসু খংবনিনা মুংঙাইনা মং তম্লি। ঐ খংই নংনা খংঙকপদা ঐবু শাউগনি। নতিল শিৎনিংগনি।

ঐনা মতম কুইনা থল্লগা থিরকপা লম্বীনি। কাউরবরা নংবু ···? থা তরুক্কী মমাংদ ডাক্তরনা করি হায়খি··············?

নংদি ঐঙোন্দ তাকখিদে। ঐনা খংঙরুবদা নংঙোন্দমুক হংবগী মতম লৈখিদে। ঐ খংলে ঐসে মমা ওইবা ঙম্লরোই। মপোকসিমগীদি অখুংবীনি। মুপী ওইনা পোক্লগা মমা ওইবা ঙম্রদ্রদি হীংহুনা লৈরুবগী করি কান্নরি ? পুন্সিহুগী মমল লৈরকখিদ্রা ? অহুগা অসিমসু ঐনা খংলে ঐনা ননাক্তা লৈরিঙৈদি নংসু মপ, ওইবগী মতিক চাদ্রে। অহোপ্পা লম্বী থিবসু ঙম্লোই। ঐত নত্তনা নংবুসু করম মাংহনগনি ···? মপা ওইবগী তৌবিমলহু কনাগুম্বী অমদগী ওইরসু কংহম্লিংই। অহুম্নদি ওইরগা ইমিৎনা য়েংহুনা লৈবদি ওইথোক্তবনি। মহুগী লম্বীহু নংনা ঐ লৈত্রদি শোইদনা লৌথোক্লবা হোৎনবা ঙমগনি থন্দুনা নমাং থান চৎলম্বনি।

খা তন্না নাউপুন্নকপগী ব্রাজন্নবী, পলেমগী থোম্ন'ং লমন শিংঙমত্ত্রবী ঐনা ম দাম লংথে'ক্লন্না ঙম্মখিদে। নহু লমুক্কী প প্পা হুন্দক মপোক্তা ইমিংতা ইচা উহনদরে। অতুম্না অমুক্কা পাপ ল.জন্নদি কন্নম মশোক তমগুনি।

ইমান মীকুপ অমত্তা মনাক্তগী থাদোক্লিংদে, ঐনসু নংবু নদোম লৈহল্লিংদে। লৈচিং অনিগী ময়াইদা লৈন্নকপসি ঐদি য়াম্না ন্নান্নকখি। ইচিনমক্লা নোংমা লৈমন্নক্লংগে তায়ক্লন্নবনি। ইমান খুমখিদে। ডহাক খল্লগা "নদোম কচুনা শিখিবদো য়েংশিংবন্না।" হংলকখি। থম্মোই পুবা ম্নাখিদে। ঐনা য়ুমসিদগী থে'কখিবদা ইমান ব্রাহৌনি ঐ খংই। অতুবু নংগী মংশি মৈচাক্লা ডাউক্লন্নবী লুপ্র বীগুন্নবী পুন্সিনা কয়া কুইনা কপখিনি?

নংগী ননাক্তগী মীকুপ অমত্তা হেন্দোক্তবা ঙম্মন্নবদি খন্ননিগা চীংখিনসু য়াবনি। অতুম্নদি ওইন্নগা কন্নি কান্ননি? নংঙোনদা ওৎশিন্না নত্তনা কন্নিসু ওইথোকলোই। অহন ওইগ্রদি নপাঙ্গল লৈন্নকখিদ্রা? অতনবা পোক্লকনি। পুন্সিহু অয়েম্বা তারকনি। ঐগী থম্মোইনা য়ানিংদব র'খলনি। নংসু খল্লু ঙম্ম' চংখিবনা ফংলোইদ্রে'?

ঐগী চকচ'ং ফংতে হায়তুন' নংনা কয়াম্না লায়েংখি। খংদবনিনা ঐদি থৌশারু'দ। ফন্নগা লোইন্নে মখললুই। মমা ওইঙমদবগী ব্রা নোংনতা খললুদে। নংনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌই। ঐবু ননাক্তগী হেন্দোকহল্লিংদে। অতুনা অম্নুক্লইবা ঐ'ঙোন্দা তমথোক্তনা লোৎশিন্দুনা থল্লিগনি। ন্নামৈদনা মৈবু কুপশিন্দুনা থম্বা য়াবন্ন'ণ?

নংগী ষ্টেনো লৈশাবী অমা লৈবদো কন্নি হায়বা .........................আং কাউথোকপ্রেদো ..........প্রমোদিনী হায়মাল্লে। নত্র'দো .............? মশক মতৌ য়াম্না ফজবীদো। ঐগী ব্রান্নী শাবদা কয়া মুংঙাই। লাইন্ন মচানি। মমা মপা কনা লৈজদ্রে হায়বনি। মৌপা অমখক্তি লৈন্নিবন্না কন্নিনো? অফিসতা থেংনা থবকঙমিন্নন্নগা নংনা চা পিথকপদা য়াম্না হন্নাউনা তৌই। মন্নক মন্নক্তা নংনা গাড়ীদা হাপচিল্লগা মন্নুমদা থীনবি

হায়। ঐনা হংবদদি ক্লাবতা চৎলুবদা থেংদোকখিবনি হায়খি। অপংগী মুপীজা ওইবনা থাজদবা ঙমখিদে।

মরক মরক্তা ঐনা মরি মতানি লৈরুবদো নঙোন্দদি য়াম্না রাই চিন্নমগনি। ঐনা খংলমদে ঐনা মনা ওইবা ঙমদবগী রা। মতুগা লোইননা মসিমসু খংলমদে মতুগা মরুমদা নংনা লোৎতুনা থম্বা পুন্সিগী অনৌবা রারি। নংনা মাবু খরদি য়েংনিংনগুম মানসু নংবু য়েংনিংদবগী রা লৈরোই। মফম অমত্তদা অহিং মুংথিল হংদনা থনক শুমিন্নতুনা লৈমিন্নরগা খক্কিক্কুং ফাউবা মুংশিবা থুংবিদ্রবদি কররম্না মুপীক্কা মহাক্কা মদোম য়ারেকতুনা লৈথোকপা ঙমগনি ?

ঐনা থাজে মহাক্কি মমা ওইবা ঙম্গী মথোনা লৈ। কনাদসু মপা ওইনিংবগী তৌবিমল লোৎশিন্দুনা থম্নিংঙোই। রারোরম্বা ...? তাম্নিংঙরিরই নত্রা ? নং য়াম্না শাউখিদনবা লোইশিল্লগে।

ঐনা অসুক্কুইবা লম্বী তম্ভমগী লমলেং মীৎতা ওই। থৌরি য়াম্বা ঐ পামলুদে। মপোক ওইনা পোকলুবগী আশা লৈতে হায়নৈ। অথমবা মপোক্কি ঐদি পামদ্রি। হয়েংমুক্কী মপোক্তা ননিং থুংহম্বা ঙমত্রা য়েংনিংঙি। মতুগীদমক পাপ পুন্নমক কোকহৌনবা খরা রান চৎপা য়াব লম্বীদু পাম্মকখি।

শ্লিপিং টেবলেট ... .......? মতুসু চিংনরকই। মরমদি অয়াম্বা মচনগী হিদাক ওইরমতুনা শিহৌদ্রবদি ? য়ানশিন্বগী হালেংনদ্রবা সমাজ অসিদা কররম্নসু থাজবা ঙমগনি। শিগদৌরিবনি হায়তুনা লোইশিল্লগা হিংগৎলক্লবদি মীদি থম্নতুনা নংমক্লসু হীংয়াংগে ওল্লক্লে হায়তুনা তাম্ন-রোইদ্রা ? মতুদগী হেন্না ঙমথিবা পুন্সি অমামুক লৈরকখিদ্রা ...... ?

মরম অতুক্তগী লম্বী অসিবু পাম্না খল্লুবনি। রাগনি হায়বা খংই, শিঙম নাঙমদনা খাংলক্কনি থাজে। অতুবু শিদনদি লৈররোইদনা ? অমুক হীংঙকপা ঙল্লোই হায়বতগী য় ম্না থাজনা শিনজবা থৌশিল্লী।

লৈহৌরোকো পাম্মুবা। নংগী মীল্লুংশি খল্লুবদা ভশেংনা চৎপা ঙম্মকত্রবনি। মতম লৈরকতবনা খনজৈ হায়বা অতুমতাই। লাপ্না

বিদায় লৌই হায়দুনা চৈবীয়ু। মহুনা আশীর্ব্বাদনি লৌজগে। কনাদস্মু যেৎশিন্বীদনবগীদমক অশেংবা থম্মোইগী ব্বারোলনা মোন মথাদ ইদুনা থমজরম্বনি।

নংনা য়াম্বা নুংঙাইরক্লোইদবা অমদি লৈরে। খংনা খংনা উশিন্ন-দ্রবনি। মদুদি নংগা পাউমেন্নরম্বা ঙমদবনি। মদুগীদমক ফীগাউ শান য়াজবি লানখিবা পুম্নামক ঙাকপীয়ু হায়না। ঙাকপীরোইদ্রনে ......? নংনা ঙাকপিদ্র'দি ঐদি করম অশি তুরেল লাল্লুনি? হয়েংমুক্কী মপোক্তা নতুং ইম্বা ঙমখিদ্রা ?

নংনা থম্মোইদা লোংখিবা নংগী নুংশি মূর্ত্তি অদুদি চৎপদা পুজরে। অরা নুংঙাইগী খোংচত্তা নোক্ল নে ক্লা মাং থাব ঙম্নবা। সীতাবু মৈন্নুংদ চোংশিলহল্লগা সতীগী অশেংবা শকতম পুথোকহনখি। মহুগুম্না ঐস্মু পরীক্ষা পিবনি খন্দোকতুনা লাঈথুং পল্লবা তাইবংসিদ অমূক হীংনিংদহুনা নৈগী মথয়াত্তা লংশিন্ননি নংগী রাখল খল্লিঙৈ করিমগুা রাহোরোই পাম্মুগা। অদুবু নংনা খংঙকপগা ঐদি লাইরৈবাকৃত লৈরনি। নংগী রাখলপুম্বা মংগী মং ওইরক্লোইদ্রা ?

লাপ্পা লৈথরে নংদি। অতুম্মকপু নংনা লৈবা মায়কৈদা য়েংলগা বিদায় লৌজরি। পিনবীয়ুকো বি দা · য়—পূ ·· ন্সি···গী।

নংগী মরাইবক থীরবী

৺সুবদনী

চিঠি পাব লোইরকপদা প্রমোদিনী চংঙকই। মমোন নুংঙাইতনা হিপ্লম্বা উবদা মরাইবক পায়হুনা য়েংঙকই। অকম হৌবগুম তৌবহুদা ডাক্তর কৌনবা হোৎনগে হংলকই। মণিহাররনা রা ঙাংদনা মঙক হায়-রকখি। অতুম্মকপু প্রমোদিনীনা টেলিফোন তৌনবা হোৎনরম্মী। প্রমোদিনীনা চংঙকপদা মণিহার তুমথরম্মে। মখূৎতা পাইরম্বা চিঠিহু তপ্পা লৌথোক্লগা থরা চৎথোকতুনা পারম্মী।

───

# লৈনা লিশিংদা পক্লকপা চেংজেল

মীওইবনা মনুং লেনখিবগা লোইনা কাউথোকপা ঙম্মী। তাইবং অসিমক লৌনমগী শানবুংনি। মাংগোলগী মূড়াদা ফম্লগা প্রতুলনা হিদাক থক্কুনা লৈরিঙৈ থোংগাল্‌দগী বাবাধন চংঙকই। মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়জরকই — "খুডা ইবুঙো! থবক অমতা পাংথোকপিউ ?"

"করি থবকনো বাবা ?" — প্রতুলনা হংঙকই। মচাগী মমাম্নবা ওইবতুদা মুংশিমনখিত্বনা বাবা হায়না অতুমক কৌরম্মী।

"ঐখোয়গী লমলোং মরি ফাংবদা কারিবা কৈথেল মচা অসি অসিগী মনাক্তা ডাক্তরখানা অমা লিংগনি হায়না তাজে। ঐসু খর খরা অতুম হোৎনজবদগী ঙসিদি হৈত্রি হায়বা য়ারক্কে। ডাক্তর অতুগী দমক খরা নোম্বীয়ু হায়জবনি।" নোম্বতুনা ঙহাক রাখল তৌই প্রতুল। খল্লকখি — "কনাগী মশাইগোন্দা চৎতুনসু তমলক্কবা মহাক্না ডাক্তর ওইরগা কনাদি হীংখিদৌরিবা ? অতুগীসু মথক্তা ডিপ্লোমা পায়বা অঙাং কয়ান থবক ফংনদতুনা কোইঙাউ ঙাউনয়ি। মীওইবগী অশি অচংগী লানফম্নি লাল্লোং খংদ্রিবা মী অমবু লানমীনি থাজিল্লবদি মায়থীবা ফংবা হায়বসি মহৌশানি।"

ঙহাক্কী চম্মন্নরকখি। মতিক চাদেসু ফোংনা হায়দোকপা য়াদে। লুমতুনা ফুবদা হালেংদবা কাংবুনি। খংশিন্নদবা শাতুনা হংঙকই— "করম্নোনে বাবা ?"

"খুড়া ইবুঙো! এম, এল, এ সাহাবতা চৎলগা হায়জক্করবদি শোইদনা য়াবিরক্কনি। মহাক্কী কলম্না খোৎখিবা রিকোমেণ্ডেশন্না অরোয়বনি। সার্টিফিকেট অতুসু লৌথোকচগে হোৎনজরি। নংনবা

পুথোকচগে। য়ুম মনাক্তগা ্হইবত্নদা অত্নকী থরাই য়াউরুবনি। বাবাধন্না হায়জরকই।

এম, এল, এ পম্বদা কোক চাউবী কারকখি প্রতুল। অরুণগী খবক নোম্বীবদা হুমুক খাগ্রবনি। ওসিস্থ নিংশিংলগা মশাদ অশাবা মুংশিৎ ফাউরক্লি—

"অরুণ! নংগী এপোইন্টমেণ্ট লেটার অত্ন ডি, আই, অফিসতা লৈরে হায়না তায়। অমুক্তং চৎতুনা লৌরুগেরা?" প্রতুলনা অরুণবু লম্বীদা উম্নবদা নিংশিংই।

অরুণনা তপ্পা খুম্নকখি—"তাজরে খুড়া! সেণ্টার সেক্রেটরীদ পুররুবা হায়জগ্রবনি।"

মাগী য়্রা তাবদা খরা শাউনিংই প্রতুল। মমোন মুংঙাইতনা শমদরকই—"অত্নদি ……? নংদি ফংতেদনা? ঐদি খংদবনিনা ওসি অয়ুক্তস্থ এম, এল, এ, সাহাব উম্নত্ননা করি তৌরগে হংঙ রি? ঐবু অঙাংদ হেক তাহল্লিদনা?"

অরুণনা খুম্নকই—"কাউথোক্তনা তৌবনি খুড়া। শাউবীরগন্থ। এরিয়ার পৈশা থোক্লকপগা খুড়াগীস্থ অরামন মহাক্তম্না চপ মান্নরা তৌজরনি। ওসিদি খবক অচিনবা অমগী থোরকপনা কুইনা য়ারি শান্নবা ঙম্লোইদৌরে।"

"ফরে ফরে চৎলো। অত্নগা তৌবিমলতদি কাউথোক্লম্নশিকো?" পুম্না নোকমিন্নৈ।

সন্ধ্যাগী লাই খুরম্লগা পোৎথারিঙৈ অরুণগী য়াশিংদো নিংশিংলকখি প্রতুল।

অরুণ লৈকায় মচানি। প্রতুলগা করিস্থ থোরুদে। এল, পি, স্কুল অমা অরুণনা হোৌগৎচৈ। হায়বদি স্কুলত্ন ওব্বা অমনা লিংখৎপা হোৌরম্বনি। মতিক চান মগুন লৈতবদগী গ্রাণ্ট ফংবা ঙম্নরোই খংলত্ননা মঙোক্ষ শিন্নরকই। থা অনিগী মতমদি হোৌগ্রে। প্রতুলনা এম, এল, এগা য়াম্না শম্নবা শরুক্তগী গ্রাণ্ট লৌথোকপা ঙমগনি খন্দুনা অরুণনা নপাশিম্বনি।

প্রতুল অচংবা মী অমনি। লোন কয়া ভাংব, ইবা অমসুং পাব ঙম্মী। অহনশিংনা ইংরাজী লোন ভম্বা মাংই হায়ত্নুা মতমত্দা তমহন-খিত্রবস্থু মশাগী হোৎনজমল্লা কনখিত্নুা নীংথিনা খংলে হৌজিক্তি।

মীতিল ফম্বদা মীকোক থোংনা লৈবা মীশকনি। পায়রক্পী লৌশিংদা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎপা য়াই। হংবগা পাউথুম পিবগা অত্নুক্পী মতিক মাল্লে। মহাক্না লেংবা কবিতা, ঈশৈ পাদ্রিবা কনান খংগদবা নত্তে। মতম অমদা কাউন্সেলার কারুরে। পাল্লিক ফাংশনদা চেয়ারমেন ওইবতনা মাগী মথৌনি। তাইবং শেম্বনা শেম্লকপদা লোইনা শুনা পিরক্কুনস্থু লাইরবগী পুন্সি অত্নুতদি ককথৎপা ঙমখিদমাল্লে। খম্বামথৈ খম্লুরগা পোলোয়দা হোরেনগী চেং চরাদ অত্নুম্মক তারকপনা অরাবগী হকাম চন্দনা লৈবা ঙমখিদে।

রাজনীতিদা চৎনবা য়াব মীওই ওইবদগী এম, এল, এ মিনিষ্টারনস্থু মতম খুদিংদা মখোইগী নাকল্দা মফম থম্বী। অঙাং কয়াগী থরক পিবদা অকনবা থৌদাং য়াই। ওইদবা ঙাংলগা মরি মতানি হায়শিন্নত্নুা পুন্সি কয়াগী কৈরাক থাবিখি। অত্নুগা মহাক্তী মত্নুগী তৌবিমল ওইনা ফংই মীচৈ খরা। মত্নুনা ওইবা তায় মরক মরক্তা রারি শুনবদা হায়রক্লিবা—"বাবা! ঐনা মীগীদমক কয়াম্না রান হোৎনবীপ্রবা, ইশাগী ঈরল হুপ্রেক্কুনা মফম কয়াদ চেম্বা তাখিবা। হৌজিক্তি মখোইত্নুা ঐবু কৌনিং ঙাংনিংদ্রে। লেংথৈনবদা উশিন্নদ্রে চা চখোম অমতং থকপগী কিত্নুা তৌব ওইরম্লবদি ফরমগদবনি। মত্নুস্থু ঐগীদি হৈনবী ওইখিদ্রে।"

অরুণনা মতোয়না হায়জরক্লবদা মুংঙাইতত্নুা এম, এল, এ সাহারতা চৎত্নুা নোমজল্লবনি। লুপা লিশিং অমগা চামঙা পীয়ু হায়রকখি।

ময়াম্বগী মচাদগীবু করম্না অস্থুক য়াম্বা পৈশাসি হায়রুবদা মহাক্না খুল্লকখি—"ফরে অত্নুদি। নংগী মচাদগী পৈশা লৌররোই। তৌই-শুবস্থুং লুপা লিশিং অমদি পিবা তাগনি।"

অত্নুদি করম্না? "পৈশা লৌরোই হায়রগা অমুকস্থু পিবা তাগনি হায়রিবদি? ঙক্না হংলকখি প্রতুলনা।

"য়েংঙোই ! মাগী থা নিপালগী এরিয়ার কংলককনি। মান শুজবগী পৈশা নত্তে। মতুদগী লিশিং অমা খাইদোক্লগা লোইরেদনা।"

প্রতুলনা নিংশিং কপদা য়াম্না ফবা রানি হায়না য়াৱকখি। অতুবু পৈশা থিগদবা নোংমা ৱাংলিঙৈগী সম্বাদ অরুণনা পৈশাতু শুরোইদোরে হায়জরে। প্রতুলনা তানজা অতু য়োরংদা করম্না তোকনি খন্দুনা মতু মচাগী সনা থম্না লৈজরম্বতু পুখোক্তুনা পিরকই।

চহী অমা চৌথ্রবনি। অরুণগা অমুক উন্নখিত্রে। সনাগী মরমদা খন্নরক্তুবতুদদি মশান হন্দোক্লুবা হোৎনখি। কাংখ মাং খুজাই কায় তাহোরে।

"বাবা! অহমদি ঐঙোন্দ হায়রগনু। এম. এস, এ. সাহাবনা মচানি হায়শিন্নতুনা ললোল্লে হায়প্রবনি। য়াম্না ঈকায়। চহী মতাংনগা অঙাং ওইরক্তুবসিদা ...... ...?" কনথোককদগী হোৎনৈ প্রতুলনা।

অতুম্নামক ওইহুনস্তু খুড়া ইবুঙো! ঐগী হন্দকী অসিমদি নচাশল্লা খরা য়েংশিন্নীয়। করামনগী করিমত্তা খন্নীগনু। য়াম্না তান চাব অতুদা কোক তসিতা থিংজিনবা ঙমহৌরদি হায়না তৌজবনি। লুপা লিশিংনা থল্লবা চেংফু অমা খিন্নবা হোৎনজরগে। ইপা শল্লবা খুড়া ইবুঙোনা স্বোর হোম্বদা ৱাই চিন্দনবা। কাউবীগনুকো হয়েংমুক লাক্তুবস্তু। হুনজরগে।" নীংঙমদা নীংঙমদা খোংগাল্লোমদা খোক্তুনা চৎখিরম্মী। মান চৎখিবতু মুম্না য়েংতুনা লৈহৌবা প্রতুলনা নোকফেৎ তৌরগা মচিন্দ মুরুম মুরুম শোল্লকই—

"ফজেদকো সত্য ! লৈনা লিশিংদা পল্লকপা চেংজেলশিংসে। চাবদস্তু কয়াম্না হাউরিবা...... ? ............অরুণনা মাং তাক্লবা হোৎনবদা ঙমখিত্রে। মানমুক করি খন্দুনা করম্না লালোং শিল্লিদবা...?"

অহিং ওইরক্লে। থাজনা অতিয়াদগী মুম্না য়েলগা মোল্লবতু কনানস্তু খংলমদে। থাবল ঈপোমনা পৃথিবী মচেৎ অমা খাক্তুনা য়োৎলকই। প্রতুলনা মখুত্তগী হিদাকপুম্ব কল্লাংদ ঙাশিন্নগা ঈমুংদ চংখিরম্মী।

# অহুঙৈগী ঈশৈ স্থরদো

" অমুক পুং নিপালদগী লুকমাইদা হাত্নুা য়োল্লকপনি। কনানস্থ হন্না য়েংবিরমদে, মমল ফাউবা হংবিরমদে। সুমিৎ নিনিচুপ্না শিংলক্রে।

মহাজন্দগী লম্ভ শোংলগা শাবনি। হান্নগী পৈশা পিংথাক্তুনা, নৌনা অমুক লৌশিন্বা পীরমদে। চন্না কয়া হেন্দুনস্থ মমা ঐগী অন্নাব উবদা, নোংমতা ন্বায় হায়জবা ওমজদ্রবী ইচা নুপীন যুম শংত্নুা লৈহৌই। অহিংনা য়াম্না থেংথিত্নুনস্থ মাগী থব্বদা হব্বা ত'রম্মী। নোং মুংশিৎ শিংপা হৌরকই। হব্বাগাড়ী অমা তুংলোমদগী পাযশিল্লকপা খংহৌত্রে ইচাহ্নবু করম তৌরিগবা—নীংঙমদনা চেনখৎলিঙৈ।" মমায় অহু ওহোক্লগা হিক্কা হিক্কা কপ্পকখি।

থল্লকই—"মহাক্না লুম্নাইদা হাত্নুদা য়োলম্মীবা কী অহু গুপ্নগী মশিং চন্দবামক ওইরিত্রা ? মহাজনগী আলমিন্নাদ শেম শাত্নুা থল্লগা লৌনিং-বতা লৌথোক্তুনা থাদোকখ্রিবা কীশিংত্নুগী মরক্তা মঙোন্দগী হেন্না ফৎতবা কয়া য়াউরিরোইত্রা ?"

মহাক্নীস্থ অহুগুল্লবা আলমিন্নাদ থল্লবদি, অফবা থিত্নুা লাক্লগা ফৎতবতা থন্দুনা পুনরিবা, মমল তিক্লবদা ঈকায়খুম্নবনি থল্লিবা কাংখুত্নুা শোইদনা লৈত্নুা পুরমগনি। মুংঙাইকোনগী পুন্সি ফীদম তম্নমগনি। তাইবংপান অসিমক অঙকপগী মশক্কি। ফৎতবত্তস্থ মায়খুম হাগুনা অফবা শাহল্লি।

হস্পিতালগী ফমুংদ হৌপ্লিবী শ্যামাসখী ইঞ্জেকশন থীযত্নুদা তুমখি-রম্মী। ঐগী কাদ চংলগা মুংশাম্বোর মপী অমা শাংন হোন্দোক্লুই। ইলেকট্রিক ফেন কোকথক্তা হমত্নুনস্থ হমাং মরিক কয়া শিম্বরম্মী।

মীকুপকী শান্নরকখিবা রাখলগী ঈপোম মরক্তা ঐগী থরাই মঙাস্সু ভাউবা হৌরক্লে। মতমতুদা ঐসে টেবুলদা নোম্বনা লৈরুবনি। মং মংখি। হৌপ্রবা পুন্সিগী চেনাদ ময়েক লান য়েক্তুনা থমখিবা স্মৃতিগী অশেংবা শকলোন্নি।

"চহী তরানিথোই মমাংগী রুমীতুদি নঙ্ভেদনা ?" থম্মোই রাহংগী পাউথুম পীবা ঙমখিদে।

চহী তরাতগী খেৎনবনি রমাবতী ঐগা। য়েবনগী থোংজিন্দ খোং থাংজিনগে ভৌরকপদা মান ঐবু মথম্মোইগী অলোবা ঈয়োংশং কাদ লোৎতুনা থমজিনখি মতুদগী ঐখোই অনিগী মরি-মতা য়ায়া নরুখি।

তরেৎশুবা চহীগী লাইরিক তমথৎলকপদা পলেম পম্মৌগী কোক-থক্তা লাঙ্গৈর-অনংগী চৈনান কন্না ফুদরকখিবনা ভোকপগী মমি তন্নকখি। অতুবু পীক্লিঙৈদগী মী অমা ওইনবা রাদে হায়বা অচেৎপা রাখলনা ঐগী ল ইনিং ওইখিবনা থৌজাল হৈবনস্সু চান্নীখি। ওঝা অমগী মতেং ফংহ-ন্দনা মেট্রিক থাব ঙমখি। ওঝান ঐবু মচা ওইনা খনখিবনি। ঐমা চাক থোংখিবতুদা নুংশিবীতুনা ঐগী ইবুকচাক পুবীরম্মী। ক্রী ষ্টুডেন্টশিপ পীবিতুনা অচাউরম কাবগী কৈরাক থাবিখি। লাইব্রেরীগী লাইরিক্লা পরীক্ষা পীনবগী মতেং ওইহনখি। মরক অসি অঙাং অমা ওইদুনস্সু য়ুমগা থোইনা মরি লৈরমদে। ইমাগী মীৎয়েংদগীস্সু খরদি অতুমক লাপথোক্না লেনপ্রবনি।

অন্নাবগী মরক্তস্সু কয়ান্না নুংঙাইখিবা মতম অদো। অতুগুম্নবা তাঙ্গা অতুমক্তদা শম্বন রাংমদা লৈরিবা রমাবতীনা ঐবু মথম্মোইদা থোকপা থাজ-গুম নুনা ভৌজখিবনি। মহাকপু মাংথান পুবদা পাম্বে ওইনবা লাইরিক তম্বদা অতুকী মতিক থরাই য়াউনবা হোৎনখি ঐনা। মবুং অহন্না লাই-রিক হৈরবদি মচন পিগনিহায়খিবদো লাইরা ওইনা লোৎতুনা থমখিবনি।

তাইবংমীগী পুন্সি লমশাংদ অয়েৎ অপনগী করাং ময়ামন্নি। রাজস্সু মপাঙ্গল কল্লি।

মেট্রিক লাম্হোক্লগা মথা তমবগীদমক চহী অনি অঙাংশিংগী ওঝা ওইবা তাখি। কলেজগা শক খংনখি। অথাং কবদগী ও বি. লিপী

স্কোলার্শিপ ফংহনা এম, বি, বি, এস কোর্স লোইবা ওয়ে। হৌজিক্তি ডি.স্পেনশরি অমগী ডাক্তরনি। থা অনিতা হায়রি মফমসিদা শিল্লকপা।

রুণাবতীবু ঐনা য়াম্না নুংশিবদগী রুমী হায়না শম্না কৌখি। ডাক্তর ওম্বা চৎপ্রিরৈঙে— মাগী মপাউ ফংখিদে। কনা অমত্তনা থংই হায়বিখিদে। মতম অহুদগী নুপীগী রাখল থাদোকপ্রবনি।

রুমী পুং অনিরোমগী মতুংদ মীকপ থোক্লকখি। "ঐবু থাদোকউ, ঐ চৎপ্রগে, ঐ দি অসিদ লৈথোকপা য়াব মী নত্তে" হায়না হান্নগুম খোন-গায়দা লাউরকপত্নুনা ওসাইমথৈ রাখলগী ঈরৈদ লুপ্তুনা পৎথরুরবা হুকচাংগ অকম্ব চৈনা অমা পিরকপগুম মীকপ থোক্লকই।

নাচ চংগুক্ননা অনাব করিনো তৌরে হায়রে।

হীপ্তুনা লৈহৌব শ্যামাসখী কমত্নুনা নাচকা লাক্লরম্মী। ঐবু উবদা তু মন হিপথখি। মাগী মীৎস্না থম্বাল অনিগী মখাদ লৈরিবা মীৎলু কোমফু অনিহু কুৎশিং কুৎশিনখরে। মপী শিম্বরম্বগী মরি বিত্নুবীগী নুংগী মুর্ত্তিগুম চায়রুংদ শেংফাত্তনা কমজিন্দুনা লৈবা উই। মনাক্ত চংলগা ফমুং মথক্তা ফমথরম্মী। খুদাংগী মীহুন য়েংলুই। হন্দকমুক্তি মশা অহু শেক্লুবদা নুংঙাইবগী ঈহৌ অমা ফোগু লাউনা ফাউরকখি। তু খ্যাউ চুংই।

রুমী" হায়না তপ্পা কৌখিবহু ঈশামকম্নু খংহোদরে। ঐনা মাবু শক লাকপা ওম্লুদবগুম্না মান ঐবু খংলমদবামক্তি নৎলমদে। ঐগী মরম-দা নাচতগী হান্নবা খংদোক্লম্মে।

নোংমা লবুক্তগী কারকপদা কৌতক ত্তৌনা শেৎলিবা ফনেক অহু লৈখোম লৈনাংন থল্লম্মী। লিপ্‌স্তিক তৈবগুম পানা কোভাংন ওাংলবা মচিন্নান, লেংলি লেংলি ত্তৌরগা মোমোন নোক্তুনা চৎখিবনি। সনাগী পামফেল লংবগুম হৌবিবা হুংগাম মপান মরক্তা, অশংবা মচুপী ফনেক মথুক্তা ত্তৌরবা ব্লাউজ অমা লিংশিরগা হান্নর হায়বহুনা মযুম চংখি। ঐদি মাগী মশাদ পক্লিবা ফজবহু পুক্লিং পেন্না য়েংহুনা লৈহৌই। অহুবু ওসিদি লৈখোমগী মহুত্তা ঈনা ওাংলম্মে। মচিমানগী অঙাংবহু পাণ্কোভাং ওইরমদরে।

ঐগী মীৎতগী শিন্থরকখিবা পীরাং থরন্থ মহাক্না উথিরম্মী। নাচ মপান্দ থোকখি।

"কপ্লিববা?"— রুমীন হংলকই। মশাহ্ন য়াম্না য়ান লৈবা উই। মখোং মথুৎ লোইনা হস্পিতালগী বেগুক্না অনৌবা কীজোল হোংহল্লবনি। হন্না গাড়ীগী মথুৎতগী মুল্লক্ক্না পুরক্লগা ঈথুৎতা শিন্নরম্বনি। হীংগনি খল্লবস্থ অমুক্তং কম্বা ওমহোৎরদি হায়বগী থরাই য়াউনা য়েংলম্মী। তপ্না তপ্না অমুক ওাংউকই— "নংগা অমুক্তং উন্নরদি হায়না অস্থুক্ক ইসে লাইনিং ওইনা লৈরকপনি। ওসিদি উন্নরে। মুংওা-ইবগী হায়কম থংদ্রে। অহ্নবু নীংওমদবদি নংগী নথম্মোইগী কমীওন্না উবা ওমহন্দবা অসিনি। হয়েংমুক্তা মপোক্না ননিং থুংহন্না ওম্বা ওইহবীয়ু।" কপ্লকই।

"রুমী। ঐনা য়াম্না থাজৈ— ঐগী রুমীনা ঐবু কৈদৌঙৈদা থাদো-ক্লোই। নং ঐগী থম্মোইগী প্রতিমানি। খুঙ্গং খুঙ্গং কয়া চৎতুনা নংবু কোইনা থিরুই। ফংখিদে। অহুম্নমক ওইহুনস্থ নীংহম্নরমদে। নোং-মদি শোইদনা ফংখিনি থাজরুই। ঐখোয়গী মুংশিবা লেংত্রবনি। অহুনা নংবু অমুক ফংবনি। অহ্নবু........ ......ফীভম অসিদি করম্না?" তানিংনা য়েংলম্মী।

"নোংমা থাসিগী মন্নবা অহিং, ওক্কবা ওুওা থরনা থোঙ থুদেক্কনা ঈমুং চংলকখি। ঐবু ফিবুন নমশিন্দুনা পুরম্মী। ঐগী হকচাং কয়াৎ মথক মথা ওন্না শান্নরম্বনা কয়াগী চোকথখি। ময়াম্নদি শিথরে হায়নর-ম্নগনি। ভাব তান্নকপগা ঐনা ঈশিং খজিক্ত হায়না লাউবহু লাপ্না মবুক-চাক থিবা চৎলুবা চন্দ্রহাসনা তাহুনা চংওক্লগা পিথরুম্মী।

ঐবু ময়ুমদা পুবিরে। মতমহুদা নংগীদমক ল্লোৎতুনা থম্নম্বা থাম্মো-ইগী অমৃত, লুখাক তরবা অহুদদি নংওোন্দ অমুক পীনিংওদরে। অহুগা চন্দ্রহাসতি ঈরাল নত্তে খল্লম্বনা থাদোকউ য়াখিদে। নংওোন্দ পাউদঙ্গিং-বদগী ওায়বা ওইনা হীংনিংখি। মুমিৎ অহুদগী ঐসে শ্যামাসখী হায়না কৌনরক্লে। খন্ননি মতুৎদদি খংবা ওন্নকখি— ওক্কবা সনাজাউনা মাগী অহুমগুবা তান্মোয়. ওইহুনগদগী কাদুনা পুরম্বনি। ময়াম্না খংনরক্কনা

থুংলায় পায়রগা তাক্লরকপদা তোকম থংত্রহনা নায়ক্রা লংথোক্লমগা চেনখি। মাগী মখুৎতগীদি কয়ম্বনো লিংথহোয়ে। অহুবু চন্দ্রহাসকী লাঙ্গৈর শংদগীদি ন য়োকপা ওমহোদে।" রমাবতীনা ডাং·ম্বনগী তুমিন লৈথোকখি।

"অহুদগীদি ........;"

"অ-হু-দ-গী-দি নিংশিংলিবরা ? নংনা থম্মোই শোক্লা শকখিবা অহুঙৈগী ঈশৈ স্বরদো :—

"ঐনা খংদনা থীরি চাত্মবী,
থম্মোইদা থোকপা থাজ নংগী ;
পুন্সিদ উখিবদি নত্তে অতিয়াগী,
তরু ওরুবা অহুতনি নথম্মোইগী।
নংগী থাজ শকলোন্দ লোৎখিবনি,
থম্মোই লিক্লা তনিক তনিকপী ;
মক্ষ হুম্লকসমু মহুনা কেনহুনা,
পুন্সি অনিগী ফীদম লৌহুনা।
নং ঐ নোকমীয়নি য়েংনহুনা,
থম্মোই লন মাংদ খল্লগা,
মহুনতা ওইনি পুন্সি মহে য়াম্ব,
ঐখোই অনিগী তাইবং খোংচৎতা ॥

ঐদি মতম থুদিংদা নিং'শিংহুনতা মরৈখি। নংনা লোংনিংখিবা অহুগুম্লবা থম্মোই লিক্লাদো খংহোদনা কেল্লকখি থরাইগী ময়ায় কারিংশৈ। নোংমদি লৈরাং চার ওইনা চোংখৎলক্লে। মথম্মোইগী লন মশক খংঙমদনা তাইবং থাদোক্কনা চৎখিরম্মী চন্দ্রহাসনা। পান্দোং ফাঙমত্রিবা অহুবু কনাদ শিন্নরমগনি খম্বদা থম্মোই পুবা য়াত্রবনি।

নংগী হুংশিবনা অশেংবামক্তা ওইরবদি নংনা মংলম্বা মংলানগী স্মৃতি ওইনা চাউনবা খরা য়োকপিরকউ। ওক্তবীদি মপোক লাংওনগী দমক ননিং থুংনবা শেম 'শারমগে।" ফাইরক্লবা মখোল তপ্না তপ্না

লোইশিন্নকখি। লেংবা ঙমক্ত্ৰবা মশাহু ফুনগংলকপাগুম ভৌবকদা মীৎলুদগী পীবাং থবনা অমুকম্মু লক্করকখি পাঙ্গল শোন্নবীদা।

ভরাংদগী মমাগী লাকপা ভায়রন্নীবী রুহিণীনা মমা খিবা লাক্লম্মী। মীকুপ থরগী মতুংদদি অরোয়বা মীৎয়েংনা মচাবু ঈথুৎতা শিন্নম্লগা পুন্সিগী ওইনা তুমথখিরম্মী।

সিনেমা খো য়েংলিঙৈ, অমম্বা মরক্তুদা ভাইবংমীগী হকচাং পোলাং নক্তনা ফজবা অখিবগী চাংদম্নীংভাই লৈতবাগুম, মরাল লৈজত্রবী মুপীগী মুপী অমগুম, থনগংনিংলম্বা রুমাবত্তা, তাইবংমীন তুক্কৎচনা শোম্নরগদবা লনচৎতু খাংগম্লোই থমদগী ঐগী ওইরবা মুংশি থৌরি থদংলম্মগা পুন্সিগী উমররোইদবা মফমদা চংথরে।

নাচ´ কৌহুনা ফী ঙৌন কুপশিনহুল্লম্মী।

রুহিণীবু কাহুনা থম্লিবামক্তদা অশিবা মমাগী মনাক্তা চেনখিহুনা কোন্নগা তেংথা তেংথান কপ্লকখি। মপা মশক খংহৌত্রবী রুহিণী, মমান মপানি তাক্লম্বহুদা থরদি মুংঙাইজরিবোইদো — অমুকম্মু ঈথোং কোন্দুনা পীরাংনরকই।

মীওইবনা মুপীবু শংম্নপোৎ ওইনা খন্দোকপদগী পুন্সি কয়ান খাংউথক্তা কেন্নখ্রি ; থরমনা অরেম্বা পুন্সিনি খংনা খংনা করি ভৌরুগবনো খন্দোক্তনা শিবা ঙায়নরি। ঐগী রুমী ঐগীদমক্তা মথা ক্‌্রক-ক্‌্রক চিক্তনখাংলমগনি। মাগী মরাল লৈতে ঐ খংই। অহুনা মাবু উবমক্তাদা লুপ্রাশিংদ চন্নমহুনম্মু অমাংবদগী সনাবু লৌখৎপগুম পুন্সিদা মীকুপ অমত্তা থাদোক্লরোয় থন্নবনি। ঐগী মান পামজনা খনখিবা কমুংহুদা শক খংনহনপে নিংলম্বনি। ভৌইগুম্বস্নুং বিধিনা ঐগী লাইবক্তা তাইবং মপোকী মুংঙাই মহাউ তংউ তমহনখিদরে। মপোকভৈদগী মীৎভাংলবনা কোয়্রৌ মঙাল উদবনা পৃথিবী অসিমক অমম্বগী অমম্বাগুম্না থমগুম ঐগী পুন্সিগা চাংদম্নবদা খেৎনরক্তরে।

ঋষি উদ্দালকী মচা শ্বেতকেতুবু মতম অসিদা অমুক্তা হীংহন্নিই। মমাবু ঋষি কয়ান ফাদ্রুনা পুখিব উম্নগা মপাদ তন্ন্‌বদা, নোক্লা নোক্লা বন অমোমগা পাংথক্লবরকই। মমাগাদমক মথরাই মুংঙাইখিদবদগী, মমুব

পান্নদনা মুপী শন্নবা য়াদে হায়বা নিয়ম থমখি। অতুগুম নিপা অমনা মুপী অমদগী হেন্না লৈমিন্নবা য়ারোই হায়বা নিয়ম, হান্নদগী থন্নবদি ঐগী বোমীনা ঐগী থম্মোই ]উরোংদ নত্তনা অতৈ কদাইদস্থু য়েৎলম্মো-ইদবনি ।

শংবান্নবা অতিয়া নাপী মকাগী অশংবা মচুগ। তিন্নবা হৌরক্লে। কোরৌনা নোংচুপ চীংখৈদগী মরাইবক্তা সিন্দুর নয়গা নোকমী নোকমী হন্না হন্না য়েংচুনা চৎখিবত্থু ঐগী রুমীন ফীরুক থুমচুনা মপাম চৎখ্রিবোয় মুন্না য়েংলম্মী। স্বর্গগী অপসরান জগোয় শার শারচুনা পৃথিবীদ কুমথর-কপাগুম নিক নিক লাউনা ফজরকখি।



# শাদানবদা

নীরেন তেখাউ মচানি। শাদাম্বনি হায়রবদি তুম্বা-চাবা লোয়না কাউথোকপা ওম্মী। মশাগী য়াম্না পামজবা করিনো হংলকপদা নোংমৈনি হায়বা য়াই। নোংমাইক্লিং ওইবনা অফিস ছুটি লৈথিবদগী সোমেনগা মখোই অনি শাদানবা চৎপগী পোগ্রাম থম্লম্মী।

থবক চিম্বা মীদি গুহাক্তা পোৎথাবগী মতম শংদে। থবক শুদহৌনা ইবা পাব ভোক্লগা খুৎ অনি পুনশিন্দুনা ফম্লবদি উবা ফংগনি পোৎথানবগী শাংলবা অশংবা মতম। অহৌগুম্বা ঐপীস্থ ইমুং মমুংদ নৈশিন্দুনা লৈবা মুংঙাইতবদগী মুংথিল ওইরম্বা মখোয়রোমদা কোয়থোক্লুই। মতমছুদা মখোইনা চৎননবগী থোরাং ভোবা অহৌ উরম্রে।

মতম লেম্লনবা লাকপরা হায়ববু পূন্সিদ মুংঙাইতবগী কাউওমম্লব স্মৃতি অমা মম্লেক শেংনা য়েক্লবাহৌম ওইরম্রে। মখোইনা নীংথিনা খংই— মহৌদি, ঐসে অহৌগুম্বা চিঙ্গাক্তগী য়াম্না লাপথোক্লা লৈ।

অহৌম্মকপু কম্নি থল্লুরবনো খংদে—চৎমিম্লকুসি হোৌরকই। মখোইদি মচিঙ্গাক ওইবা শরুক্তগী অহৌকী মতিক থরাই য়াউবনি। চৎনিংদহৌনম্নু ঐসে মুমিৎ অহৌমদি নারক-শিংলক অমদি লমনৌ য়েংনিংঙুবদগী মতুং ইল্লম্মী।

মীওইবগী রাখলনা খংনিংলিবহৌ মপুং ফাত্রিবামখৈ থরাইনা নীংতম্লা লৈতাব ওমদে। নীংঙমদনা অহৌম্মক মরাং হোৌহৌনা লৈ। মহৌত্তবু ঐনা ভশেংনা কিরুই।

মুংথিলগী পুং মম্লিরোম তাবা মতমনি। ঐথোয় অহৌম পূম্লা চৎমিম্লম্মী। থম্মা চৎলগদি কমুক্তা লমথুম্নু লৈরে হায়হৌনা নোংমৈ মক্ল

হাল্লগা কাপ্পা হৌরকখি। বসন্তগী খোংদারকপদা মীওইবগী রাখল ঈপোম ঈহৌরকপাগুম, আতরগোলাপকী লৈনম্মা থোংলবা থম্মোইদা খৌরাং নৈশা লাংহবগুম, মখোয়গী মতৌচ্নু উবদা ঐস্মু শরুক য়াম্লিংবগী ঈথিল অমনা কন্না শাকু পিরক্কনা লৈফম খংঙকখিদে।

মীওইবনা মতম মতমদা মশাবু কাউথোকই। মচ্নুগী কাউথোকপাচুদা মশাবু য়াম্নগী লৈখা তাহবা ওম্মী। কৱিস্মু লৈতনা খঙ্গোকররুই। তৌইগুম্সুং ভাব তারকপা মতমদদি মশাচু নীংগুমহৌদংনা অঙাউবাগুল্লকই। মশাবু মশান তুক্কচরকই। কপ্পুনস্মু পেন্দে নোক্কনস্মু অরাবচ্নু কোকপা ওমদে। কৈনা ঈগী মনম তারগা মশাবু কাউথোক্লকপাগুম মীওইবনা মতিক চাব-চাদবা খনদে, মশাচু মচ্নু ওম্বগী খুৎলায় অমা য়াউরকপদা শাদগীস্মু হেন্না তমথীরকই। মপাঙ্গল তিংথোল্লকই। কান্নৈ-কান্নদে থীরুদে। অচৌরমগী অমস্মুং নাপলগী তোপতোপ্পা লম্বীদগী য়াম্না লাপ্পা পুখোক্কনা থম্বীরি।

ঐগী থম্মোই, রাখলনা মরাং হৌরকতুনা খুৎ চুম্বরা হায়না চাংয়েংনিংঙকখি। মরক মরক্তা নোংমৈ লোচ্নুন। কাপ্পবা হেৎনরুই। তৌইগুম্সুং অমত্তা পান্নমদে, ঐত নত্তনা মখোইস্মু মুমিৎ অচ্নুদি কৱি তৌরবা খংদে চান্নবা মায়থীবা ফংখি। মরু তরা হেন্না লোইপ্রবনি। অচুম্মকপু চৎপদি লেপ্লমদে।

খল্লরবদি হায়দোকপাচুম ঈকায়বা রানি। মরম দ ঐস্মু ইচম-চম্বা অমদি নুংলমদে। কলেজতা তম্লিঁৈ এন, সি, সিগী পরিক্ষা পীচুনা "সি" সার্টিফিকেট লৌখিবগী হৌজিকস্মু মীংশেল চম্ননা থেংলি। নোংমৈ কাপ্পতা নত্তনা শিদোকপস্মু তম্বীরকপনি। অচ্নুবু ওসিদি উদগী তাবমুক ঈপাং-পংলে। কাংখ থাংন থৌদবগুম মতম কুইনা শীজিন্নখিদবনা খুৎ চুম্বা ওমক্কে। উশাখত্তা লৈবা লবুক্তা তাব মখং মখং থীচুনা চৎপা লেপ্লমদে।

শোংলবা নারক্লি। য়ুম খরা খুমুপোনগুম শারম্মী। মরক্কদা মৈতৈ য়ুম্নাক খরস্মু রাউরম্মী। চীংগী কারক্তা লৈবা তম খরচ্নদা লৌউম্লনবা হোংনরি। চু-পাম্বীশিংচুনা লম্বী অনিগী নাকন্দা লৈচুনা মী

মলেম মুমবা হোৎনরবগী ; অহুমক্তদা ঐখোয়ুদি, কংহুবা মবুমনা হৌজিক্তা লাক্লিবাই খল্লগী ।

মীওইবগী থম্মোইনা হায়দোকপা ঙমদবা অরাবগী মহুক্লাঙ খিবা কংদে । মতমমতুদা এইচ, জি, ৱেলসনা হায়রবা বাহৈশিংহু নিংশিংলম্মী— "অরাব কংদনা মীওইবগী নিংবা থুংবা ঙমদে ।"

য়েৌবকপমক্তদা থোং থুং হাংদোক্লগা থুংঅনিনা মোনহু চেজেং কোনশিল্লগা কমুদে শাংলবা গুংশাখোর মপী অমা হোম্দোকক্লবা হোৎনবহু য়ায়া রাখি । অহুবু থংহোদনা নিক্রাক্লেখৌগা লাক্লরবদগী মাল্লথোবা কংলহুনা মথাদ শাইদাংখিবহু থম্মোই মাহু মীপাইবাহুনা থংখিক্রমাক্লে ।



# শমজিদা কংখিবা লৈ

শিং য়োৎপগী পোৎফম মচিদা, খুনজাউগী পানা দুকান মমাং, মমশি মমশিন্নবা থাংমৈ-অত্তালদা, মকাঁ লামত্রগী শককমচুতদি, উবা ফংই তাইবং মীগী নাপক্তা, মল্লাইবকথীবী লুপ্পা সখিগী। কোক্তা থোংই শিংগী কোকথোং, খ্বাংদ খ্বাংচেৎ, ন্নমদা অত্তাং, খাগ্নি লমজাউ যাংবিথক, নংগৌরবোই চেল্লি নীংগী। লবাই শমথোংদগী শিন্থরকই, হুমাং মন্নিক নৈরবাং "ইমা" কৌরকপদা মনগন্দগী, অমুকস্থ কাউথোক্লি অল্লা'না। কৈথেল লাইরেম্বীনা চাল্লগা, নোংমস্থ ওন্তা মগল্লি, পোৎত্তিক-পনা মপুক্লিং তাত্রগা, লৈকাল্লনা মীকপ তানগ্রস্থ মচৎতে। হবদা পুজ্ঞী নমথিবা চেং, নত্রগা অতা'তু আলু খামেন; মুমিদা.ব্রাই থোকথি" খুদিং, উরম্মী মকশিল্লগা শক্তমদো, অমুবা শম্লাংলক্কী পিশুম কাল্লক্তা। "মৈতৈ লৈখগী চমুল্লা, থাংব `কবদগী হীং'লত্রা ?" খঙ্লকই।

মোংব মুমিদাং বাঙ্গালীমচা বিধুগী দুক ন্দা .কল্লিথৈ সখিনা চংওল্ল গা থাউ লিক্লি পিহ্না হায়ল্লকই— "মহাজন! আমারে আগে করোবে। তারাতারি যাইব!"

নৌনা শম্লবদি নত্তবনিনা সখিনা কল্লি হায়লিংজিবা বিধুনা নীংথিনা থংলম্মী। হংলকই "কয়াল্লনো ?"

'ইপেশাহু থিবগা খুল্লকই— "চাল্ল অমাগী।" করেই পার্ত্তা পিনলবা ঠৈপেশা মথাইহু, কিজিদা কিশিনথল্লে। অতৈমি হংলকপদ শাল্লমকই— "পেশা ওল্লাগী লবণ, কুলগী কেরোসিন, বাকী চাউল।'

পোং য়োমশিল্লিতে পোংতাপ নিংশিংলগদুনা হায়রকই, "মহাক্ষন! পৈশা কালকে, শিং মশ পৈশাগী শিনু।"

ঐনা হংলুই—"অদোমনু কদাইদগীনো ?"

ওক্না য়েংলগা খুমকখি— "শালবাগান মনাকী ঊখোলদগীনি।"

"মিপা লৈবিদ্রা ?"

"মরাইখুং কংতবদগী লৈখিত্রে। অডাং অহমদা অনি মুমদা লৈগৌবি।"

'মখোইনি কিরোইদ্রা ?"

"কীতমনা ওমহন্নবনু কম্রি লৈম্রিবগে ? ঈনাক্তম্ মৈতৈ লৈ। পোং শিংতবদগী থেংদোকখরে। চেংচরা লৈহৌদবমদা পম্প পম্প চৎনিংঙ্গনা তৌবনি।"

"লমশাংদু অথেংবদিদা :: .. . ....?"

"হিদুতি য়াউবি। লমীগীদি হক্লোইদে।" হায়রবগা পোংয়োমদু খোংগং'খ। মনগঙ্গগী অঙাংদু তুমখরে। শেগায়ম্রবা কুম্রিংনি। মুংগি অহোং-ন্দু তায়শিল্লগা শেৎলকই। মার্কিম্রা মাহোং ওইম্রি। খোকখিবগা মীশু তাক্লকখি। বিধুনা হাংবকই—"সিং বাবু! দুকান খেংনা থিবগী মম্রম খংলেদনা ? মখোইনা পোংয়োন্দুনা হল্লক্তি কাউবা ওায়ন্ত্রবদি হেক্না রাকংলকই। লাকদবা য়াংলিবনি। নত্রবদি চায় ছেনখদৌম্রিবনি।"

থাবুমগী মতুংনি। মণিপুর খোক্লুবদগী হল্লকপদা নন্দপুর লাম্পোক্লমদাই, মকা লামত্রবা সখিগী মায়খোংদো নিংশিংলকখি।

খুমুপোনওম্রবা মুমনি। ঈশিং থকখিগে চংলুই। খোং লাউনা হাংদোক্লমী। মনাকী মুশু লৈরমদে। মুমাংদগী উকমী—চাকখুমদা চাক খোংলিবী শুপীমচাহুগী মৈদু নত্তবদু মুংশাগী মৈরিকনা ঈমুং লমজাইগ্রত্না ওঙাং-ওঙাং চাক্রিবা। খাংগোলদা ঈমুন খোমজিন্নগা নর্মখিবী মনাগী পৈশান মখত্তা দুকান কবী শাক্তবা' নিশামচাহুনা চেনশিনথ্রগা মক্রেদা তাক্লমী।

মীখোল থংজহুনস্থ হোংনিবগী মন্থ্রনা অকোণ-অয়েন খিদনা সমাকপী মচি মরমদা অসিওয়বা মচোং কারকপদা তাহ্রিবা পুনি কয়ান শমজিদা কংখিবা লৈগুম ভরক ভরক শিনাং শিঙ্না লেপ্পি। য়থোইদিবু মপুনা ওমগী শি থানরমজ্রবনবা ?" মীংথমকখিরে।

থম্না-থম্না চৎংলিঙৈ অকলগী খোং নম্বীদা মো নহা, অমা শিং পুক্লনা খোরকপা উরম্মী। মুংশাগী মপেক্না তাইশিনক্লিবা মায়খোংদ লৈরকখি। য়েংবদা সখিদো, মর্গগী অপরান মমিং লৈর-লৈরছুনা অপোই শাক্লকপগুম পুক্লিং লরকখি। অপেম্বা লৈতনা য়েংলিঙৈ ভুংজোমদগী ইনাউনিপা বিহারীন কোরকখি— "তামো! গাড়ীদা কাখৎপীরো, চৎমিন্নরনবা ?"

মুম য়োখিবগা নহানমখেওয়া "সনাতম্বী নপাগী অহ্'দা হায়না খোদারম্বদো অমুক তারকখিদে। "সখিগী চাকথুমদা চাকখোং হোন্নিবী ইবেমহলবু মমাগী মথম্নোইদা চুপ্পিনথ্রবা তমখিরবা মৈথুনা লামখিদুনা লৈকাং 'চাথ্রব্রিদরা ?" নীংশিংলকখি ………………।



# খংলম্মা থোক্লবদি

মহেক্সা ওভারব্রিজকী রেলিং মথক্তা লেপ্লগা নোংপোক মায়কৈদা থোক্লিবা থরানদো য়েংলম্মী। মহুগী মখা ওইরপ্পা মহাক্কীস্থ মপুম লৈ। ওরাং সন্ধ্যারাইরম ময়ুম মনাক্কী যুমজাউ লাকপদগী উন্নরুবনি ঙাংলকখি— "কন্নিগীনো য়ুমদা শেন থাদে হায়বদি? নুপী অঙাং পুশ্রগা থোশাবিত্রে রারোহৌই অহনা। মহুদি তৌহৈত্ররো?"

গৌহাটী সহরগী খুৎ হাংত্রবা মীগী নারক্তা এল, ডি এচিষ্টেন্ট ওইহুনা লৈরকপনি। ময়ামগী শেংন-চান্নবা হোৎনবদা মশকক থুংদে মনাউ নিপাগ মচনহুপীগা মমান থন্নম্মী। চগী তরানিপাল হায়রক্রে ময়ুম থাদোক্কুনা লৈরকখিবা। নুপী লৈতবা য়ুমগী ফক্কম লৈতে খরদগী নুপীবু ময়ুমদগী পুরকখিদে। অঙাং নাউরোল মবি অহুনস্থ লৈমিন্নদবনা মপা ওইবগী তৌবিমল, মীন্নুংশি খংঙদে।

মমা শিপ্রগা কর্ম্ম তৌরে। মপাবুংবু লাইফম চংহল্লু র। মচন নুপী অওং অউন তম্বীহুনা থাজরে। মনাউ নিপা মীমাংদ চোপ্তুনা লুহোংলে। য়ুমগী নুপী মশিং হেনগৎলে। অঙাং নাউরোল তারে। হৌজিক্কি ময়ুম থাদোক্লমহুনস্থ শিররোই খরদগী থা অনিরোম লৈমিন্নগে পুরকপনি। লাক্লমদাই লুপা চনি মপাবুংদা পিরম্মী। চয়োল অনিতোঁ হৌপ্রি। শেন পিদবগী রাকৎ পুংঙরে। খর কুইনা লৈগিন্নরদি ফনান খংগনি কন্নি তৌরক্কুনা মশাগী কন্নিস্থ লৈতরে হায়বিরকপা।

খল্লি— "মতু মচাগ কাঙ্গৈনরগা কন্নিগীনো অহুকী মতিক হরাউন্নিবা? শেন নত্তবা নুংশিবা খজিক্তং থুংবিবা ওন্নয়বদি পুন্সি মহৈ য়াল্লে খল্লমগদবনি।" মরো মশিং হেনগৎলে। লৈকায় মমাংদ চাং তারক্করে। মমান্নবগা মীমান্নখিরোইদরা খরদা চার নাম হেল্লগা ফীরেপ অসি য়োনবা তানখিবনি।

মুপীনা ময়ুর পানরগা খজিকং মপুক্সিং খুংনরক্তবদা মকাপ্তপান তারক্তহুনা তৌরিনি, ওথীরক্তবগী হৌনবীনি হেক্তা চৈবী। মসিগী মমেং তাব মঙ্গনসে ঙাংনথিদনবা মম। ওইবীনা য়াম্না কুপ্না য়েংশিনবী। মম ম কোন্দব। মচান মহুগী চৈরাক্তো মনগন্দা থোংশংতুনা কবিগুপ্পদা মরা মমুমদা লাকপা নত্তে।

মহেনগী মপান খুজং কয়া চংতুনা অম্মমমক্তা খিংলগা শেংজেলগী মখোগ য়াউরকপনি খনুবহ্ মপুক্সিং তারে খল্লুনা পুয়কপনি। হৌজিক কালগী আর্টিফিসিয়েল ইমিটেশন ওইরশ্ম মহাক্তী থক খংলমদে। চিন কাংজৈদা মাষ্টার ডিগ্রী লৌরকখিবনা খংনবগা তিমবা য়াদহুনা চংনরক্তে। মকুবোক্তি মনৌন ওয়ে হায়হুনা হরাউনা লোকচৈ। য়ুমগী অহন্‌শিংনা হৌগৎলকপা মতম য়ৌক্রিডৈ ইমুং-মাংগোল রায় শিৎতে। থুপী ওইবীগী হৌন লোনচৎ তাকলুবদা য়েংব ওমদহুনা তৌরিনি শাউবদগী কনামতনা খৎনরক্তানি কিবদগী তাংলমদে।

মমৌ অতোথী লাক্তিত্তৈ অহুক কুপ্না চৎলবা, হাউরি হাউত্তে তাংলব। মকুবোক্তো মিত্রংগী কৈথেলদা পেংৎ তিক্লহুনা লৈবগুম ঈ-হৈতা হৈনখরে। অঙাং অমতং পোক্লিবহ্ লৌরগা থবক লোম্বা ঙমদে। শরুত ওয়রক্লবা অঙাংহ্ মনাক চংদনবা ফুই। অহিং খোম থকপগী নৈবক্লংদি ফুহনা কপহল্লি।" হংঙুরগা শাউনা থুরকই "বখোইনা ফুংঙাইনা তুমগা ঐতনা মীশিং খাংব তাব।"

কবিগুরুস্ন মচা পোহনা থবক লোমরে। অঙাং পোহনবু থবক ওবনা হায়হুনা মচিন পোম্লকই। মুপীনা মঙথাক্তা অঙাং পয়রগা চাক চখোম হকপহ্ কক্তবগী হায়নিংঙাই লৈত্তে শিংথানবি। অহুবু মহাক্তী তং তান চাত্রদি পুক থনদে হায়হুনা মাংগোলদা কুপহল্লুনা থয়গা মথন্তা চাক চায়। মনাউগী শরুক থুংদনা ময়ান কক লাউবা চিকায়। ময়ুর চংথিবদা মনাউগী মশক উত্রিমথৈ তং তাদবনি। মনাউগী থমদা অরা-অনা ফুংওইনরগা অমুক্তং পেয়া লোকহবা ওয়ব শেমগৎচরকপনি।

লোংমগী য়ানি। তর্পণ য়াউনবা লোংমা য়াৎলিবৈদগী লাক্লম্মী। মখোয়গী মত্যা; মতুং ওইরগা থুংলুই। তুমাং মতোন লানথিনগে তৌখিবনা মচা নিপা অতোষহুনা হায়কই- "পাবুং থুরাওবা ঘড়ী থমদোক্লম্বগা কদাইদনো চৎখরে।" মখোং থাংব থোরক'খদে মহেন। ফমুংদা চংগ্রগা মমাবু তেংথাহুনা কপখি। মগ্রামদি ওইনখি মতৈমগা লৈরবা য়াদহুনা তৌরিগনি। অসুম্না পোৎ থমদোক্তুনা কয়'য়ক চেনগ্রবসু লোংমতা শাউরমদবনি। তৌইগুম্লসুং মমাগী কর্ম্ম্ভুম লৌরিবা তর্পণ অসিমদি য়াম্না য়াউহল্লিংলম্মী মহেল্লা। মমাম অসিবু থ রকৈ চঙ্গরকখিহুনা করি তৌসিগে খল্লম্লনি।

হুমিদাংগী পুং তরাদ মমুম চপ্পম্মী। মীপাইথৌরবী প্রভাবতীনা মপুরোইবা লাকপা থায়রম্মী। হংলকখি— "পৈশা থিবা কংলক্তু-রানে? অহিংনা অসুম থেংজিল্লক্লবহুদনদি অদুবা আদু থরহু ভানশিল্লগা ইরোনশিন্নে। উভতা তারি য়াউদে হায়হুনা কয়াগী নিংতাই তৌরম্মী। হৌদোরকে হায়শিন্নহুনা থেল্লগা তুমহনগ্রবনি। খোং-থুৎ হামদোক্লুরো। চাক থিরম্মগে।" প্রভাবতী চাকথুমদা চংখি।

প্রভাবতীনা ঈশি-শিনা মচা মযামগী মরক্তা নাখোকতুনা তুম্লিংত ফমুংদগী হৌগৎলগা মপান থোক্লকই। ঈচিক চিক্লম্মে তাইবং। মৃতাদ কম্লগা খল্লকই— 'শিথিবনা ফরগত্রা? অমুকসু মুংতাইরক্তে মতু মচাগী থম্মদা। মরাল লৈজত্রবী প্রভান য়ান থাংহৌনি। লাম্লং ভসি নংলক্পা য়ংই'। মশা মথন্তাবু তুকৎচরকখি। অসুম্না থোক্লম-গনি খংলম্মগদি মুপী থিরক্লোই। চানিংবতা চাহুনা; শেৎমিংবতা শেৎহুনা লেন্নমগনি। অহুবু ওইথোকখিত্রে। মমাউনা চাউরগা মুংতাইরকনি খল্লহনি। মতু মচা পুম্না লৈমিল্লগনি "মং মংখিবনি। লোংমা শাগৎখি আশাগী হীনাউ, প্রভাবতীগা তোংমিন্নহুনা তাইবং ঈপাক লাখীননবা।' অসুক্লইবা মতম চাক্লি থবনা অকম্নবু অমোকপা শা'ক্লিন্নহুনা সমাজগী মমাংদ মাং থান চথৎলকপনি।

মপান মনাউ নিপাগী সুপী খিবদা অঙাং ওইমল্লি লাক্লবদা কৈশা পুখোক্লিংদদুনা তৌরিনি ঙাংবদগী তুমিন লৈখি। মান অমুকন্থ খন'খ ফরে অহুমঙাইরে, মনাউ সুপী লাক্লবদি কোৎশং ভিমবন্থ মুমদি ঙনি খোকপা য়ায়গনি। মপাঙল শোল্লবা মপাবুংনা নীনি অমগীদা ক্রমনি অমগীদ লৈজদুনা মকা লান্না নোকচবা ঙম্লগনি। অহুবুঁ মান খবগা লাইনা শিষগা মাম্নখিত্রে। অদুভগী মথন্নাই মুংঙাইভবনি মহেন। অঙাং চাউনবা য়োক্লনদবা যাদে খন্দুনা জীমুং চংলকখি। ফমুংদ কাখং'ক তৌবমক্তদা মীকপ খোক্লকখিবী প্রভাবতীনা মপুরোইংগী মকশিল্লকপা শকফমন্থ থাংমৈ মঙালদা তরু-তরু উরক্লুনা হংলকখি— "মুমদগী শেন কয়া পিরকউ হায়রকপগে?"

মহেম্না খুম্লমদে। তুমথনবা কম্না হোৎনরিঙৈ মচাম্নুপী অহন কৈনাহম্বীনা মমংদা লাউরকখি— 'পুবোক! ঐখোই চৎলে। চংখত্রন্থ ফরে। মুনীয়া, বুড়ীহোইগা কেকোৎলোৎপী শান্নবা কয়া মুংঙাই……। ইমা! ইস্নোনমচান 'বুঙো ফুন্থনা কপহনখরে ঐখোইগী ছুং ইন্নি হায়দুনা। ঐখোইগা পুজমপ্রসিবা? 'বুঙোদা পিরম্বা মিঠাইদু মচিন্দগী খোৎভোক্তুনা লং:থাকখরেনে?" কম্না কপ্পকখি। মমান মংলাক্লবমান্নে খন্দুনা মশা নোম্নগা হৌদোন্নকখি; ফুক লাউনা হৌগৎতুনা ফম্নগা মকোক খোৎল খোৎলদুনা কৌরকখি— "'বুঙো? অসিদা ইচে লৈরে। ইচে পমবিগে লাকও নমান ফুদনবা।"

প্রভাবতীনা খরগা কম্না নোমদুনা কৌবদা কৈনাহম্বীনা "করিনো" খুম্লকখি। মপান খোক্লিংঙৈ হায়দুনা মমান মশা শগন পায়রগা পুখোকখিরম্মী।



# মংলান অমা

থাজনা মপুং ফান থোকপা, শরৎকী পূর্ণিমা মুংনি। নুমিৎ অসিবু নেংমক্তা ফাউবা ওমত্রি। চান্নবা মরূপ বিধুনা কোইথোক্লুসি পুরম্মী। লাইরিক তম্বদগী থোরকপদা ঙাররিভৈদনি। লৈগুনা নাংখিজরবা য়ুমনি। উকিল অমগী ময়ুমনি হায়না নাকোংদ তুমিন্না তমখি। থম্বাল কোৌনী লৈশাবী অমা যৌবনগা লাক্লনুনা লৈরম্মী। নখা মমা অনিমক কোইথোকখিত্নুনা লৈরমদে। মোপা অপিশক অমনা মচবু শংলম্মী। চাউখৎলবী নুপী ওইবনা খংনদ্রুনস্সু তরাম-তরাম তৌরকই। ঈমুংদ চংখিত্নুনা চা পুথোরকই। মাগী মতৌদ শুমহৎখিত্নুনা ঐদি তঙক-তঙক য়েংনুনা লৈথোক্লুরে। পুক্নিগী লশাংদ কয়াগী মথোং কারকপী নুপী থেংনখি। মথোইশিংনুনা নোংমক্তা মাগুন্না পুক্নিং হুবা ওমখিদ। খল্লকই— "নুংশিবা হায়বহু অম্মা তৌরম্লিদরা?" থম্মোইনামুক তেংবাংঙকই - "পুন্স লোইনবী ওইনিংদ্রা?"

থমুংদা লাংইম চাকপগুম তৌরকই। "চা থকপীয়ু কৈদৌগে, হঙ্গোইনুনা তৌবিরিবরা করিনো?" —হংঙকই।

খংহৌদনা থম্মোই মীকপ থোক্লকখি। তম্না—"করিগী হংগোই-রুগদগে" হায়রগা ঈশিং অইংবা থকপ'গুম অমুক্তা লোয়না য়োংলম্মী। পাউখুমদো মঙোন্দদি হ ওইরম্লে। ঐত নত্তনা মাসু হ চাথরে।

রারি থরা শারগা হৌরক্লম্মী। থোংজিন মনাক্তা লেপগা হায়রকই— "মরক মরক্তা লেংথোকপীরকউ।" মনিং ফুত্তনা য়েংনুনা লৈহৌই। নুমিৎ অক্লপ্রীদি মনাংক্তা হৌনিংলুব্রে। ঈথক্তা চৎলগা

মুংঙাইরকখি। অমুম্না মু.শিবগী চাংজৌ নৈত্রবা ঈপাক্তা আশাগী হীনাউ তোংদুনা থম্মোই অনিনা মনিং ভম্না শাম্মরকই।

নোংমদি—, থাবল কম্নবা অহিংগী চীম্নবা তুরেল খোংবান্দ ফম্মীনদুনা ম্নাৎি শামিম্নরম্মী। থম্মোই পাংভ শাংজিবী থম্বালনি। তাংজবনা উম্নিগী মথৌনি। ম্নমিৎ অছু ঈনাক্তা ফমহম্নগা মকা লামনা ফজম্নবা মাম্নখোংছু পেম্না য়েংলম্মী। ভখোংলবী মাগী মেম্মোন তৌব মীনোম্না ঐবু শুমহৎলম্মী। ম্নাখলগী খোইমুশিংদো থাদোম্নম্মী—থম্বালগী নৈরিক্তা তোংদুনা ভুং-ভুং ভংনবা। তৌইগুবমুং প্রেমগী মবুঙোনি মুংঙাই ঈপাক্তা তাউখিবনা মায়কৈ য়েংলমদনা শোংলবা কাচিন অমদা লোৎতুনা নৈখোকখি।

থম্বালনা মকোক্তগী মখোং যৌব কাউবগী ফজবা ঈথক হৌহম্নিবা মতুগী লাঈজমুংদা থম্মোইগী লন মাংহনপ্রবনি। খংহৌদনা অচিকপা প্রুগাইদুনা হ.লকই— “ঐগী মম্নমদা খম্নিবব্না?”

“কম্নম হায়না খংজিবা?”

“নিপা ওইবগী থম্মোই ম্নাখল, মুপী ওইবী ঐখোইদি উবদা খংবা ভম্মী।”

“চুম্মী। ম্নাম্না অচুম্বনি। নংগী মম্নমদা খম্নম্মীবনি।”

“কম্নি খম্নিবা?”

“নংবু ঐনা লুহোংনিংদুনা।”—খৌশাদনা হায়দোম্নক্নই। ম্না অমভা ঙাংদনা মমায় থাংগৎতুনা য়েংলম্মগা অমুক নৈখোকখি। ঐনা মাগী মথুৎ পাম্নশিন্দুনা হায়ম্নম্মী— “য়েংঙোই থম্বাল! নংবু ঐনা মুংশিপ্রবনি। নংগা নৈমিম্নদুনা মুম অমা লিংনিংই। থম্নুনা য়েংঙ্গ, অমুক কজম্নবা ন্নশক নঙৌ অমদি কীভম অসিনা অঙাং পমদুনা নৈরপা কম্নাগী মতিক কজপবা। হায়বু থম্বাল! নং ঐবু লুংহোংনিংত্রনে?”

“লুহোংনিংদে।”

“কম্নিগী?”

“ঐম্নি অঙাং পামদে।”

"করিগী পামম্রিবা ?"

"অঙাং পোক্লবদি মপীগী যৌবন অমুক লৈবাক্তে।"

"করিমো নংনা হায়রিবদে ? যৌবন্না নংগী নকমদা অচুক য়াম্না মঙল থম্বদি ?"

"মানি ! নহাকসু ঐগী মথোংকাররকপগী মজবা উবগা ঐবু নুংহোংমিংজিবা অসিনি।"

"চুম্মী ! মহাক্দি মঙে হায়বা ওয়োই। তোইওপম্নং নখোয়দি প্রকৃতিগী থোংজবা থম্মইংগুম মি মপী ওইনা পোক্লগা নিংগী মকমদগী মমা ওইবগী মতিক চাব তৌবিমল লৌখোকপা ওমত্রবদি নখোয় পুম্নিগী করিদা মমল লৈরি ?"

"ঐদি কনাদসু মপা ওইবগী তৌবিমল পীনিংদে।"

ওহাক্তি তুমিন তুমিন লৈনখিবনা ঐচিক চীক্লুরে।

নোংমা সন্ধ্যাবাইরম চংথিন্দা লৈকোলদা ঐশিং চাযহুনা লৈরম্মী। ঐনা হংলম্মী— "করিগী ঐশিং চায়রিবনো ?"

"থংবিত্রবোইরে। লৈ পাম্বী খুদিংমক্তা ফজ-ফজবা লৈরাং কয়া শাংলকনি হায়বা।"

"অদুবু শাংলগন্তা লোইরগত্রা ? লৈকাদ থোইমু পায়রক্তুনা তোংলত্রবদি ফজরবা লৈরাংগী করিদা মমল লৈরিবা ?"

"থোইমু হায়বসে য়াম্না জাৎ থী। লৈরিক্তমক চুপকদগী হোংনৈ। মহ ঐনা ওমগী পামদবনি।" হায়রম্নগা হিঃ হিঃ ন্যাউনা নোক্তুনা মনুমদা চেনশিনখি। ঐদি মানা চেনখিবহু য়াম্না মুম্না য়েংহোই।

থাবুম অমগী মতুংনি। ঐনা মথোইদা মচংথিত্রবহুদা থবালনা ঐবু থিহুনা লাকই। তুরেলগী খোংবান্দ চংতুনা সন্ধ্যাবাইরমগী কমবাহুদা শরক য়ারম্মী। মতোম্দ হংলুই— "থবাল ! ঐনা থৌমিক করি ওইনিংই নং থংবরা ?"

"করি ওইনিংবনে ?" নোকমি নোকমি তোহুনা হংলকই।

"য়েংঙোই ঐনা ওইনিংবদিব্রে—নংগী নবাক্তা অনাব ওইনা লৈবনি। মোল্লবা নথুংতুনা নাল্ল-নাল্লগা লেবা ঙৌবনি।"

"ওকচ'রদকো। ওইরিংই হায়রুনা, হেক্তা ওইনবা য়াববনে?"

'নংগুম্না নশক নতৌ কজরবী, অথোধনা খুংগিজরবীগী নাক্ত লৈবন্ কন্নিগী পামগোই?"

"ঙ্করম্বা অওকপা নিপানো থংদে নংসে। অনাব লায়েংবা তারবদি শেনগী মথৌনি। মচু নংগীদি লৈতনা। হায়রু! নং ঐবু ঈনিং চৌন কেহন্দুনা থবা ওমগত্রা? নংনা কন্নিগুম্বদমু ওয়রোইদবনি।"

মাগী মরাদু ভাবগা পাউথুম পিগনি থমথিজ্রে থম্মোইনা। মাগী রাথলদা পৈশান খাইদগী অগেব্বনি থল্লম্নে। রাম হৌরবা পুলিবু থল্লবগা মুংশিরকই। লাইরবগী শম্না কন্না থাক্তিদুনা থমথিবনা য়া ওাংবদা লৈয়েং কায়রকখিবনি। অরেম্বা ওইরদবা থল্লুবদা মুনাং খিচুনা থম্মোই পুবা য়ারকখিদে। অচিকপা খুগাইদুনা চংলসি হাযরল্লগা লাক্লমী।

মুঙিং মঙানিগী মতুংনি। ঐনা রাথল তৌদুনা কন্নিউ তুংলোমদগী মথুং অনিনা মীৎ অনিমক খুমজিনথিরম্মী। মাশিল্লবদা মথুংকী খুজিনা মশাক্তি হায়বা থংলকই। থম্বালনা থাদোক্তুনা মাংদু লেগ্নগা কোই:থাল্লসি হায়না খুং পায়দুনা চিংলকই। অঙাংমচা অমাওম অচুমক মতুং ইন্দুনা চংলম্মী। তুরেলগী লৈঙোয় শেক্তা মথক্তা কমথগা ঈচেলগী মতৌ য়েংমিন্নরম্মী।

ওসিদি কুমগী নোং কংলবদা পিক্লবা ঈচেলদু মনিং তন্না ঈচাউরক্ল। মথানুংদ কাউশিং কয়া তাউরক্লি। কোজোলনা মচুবু শমদুনা পুবিরম্মী। উচেক্তা কাউশিং মথক্তা তোংদুনা জিক্ল-ল্লাও কাবম্মী; নুপ্রবা ঈশিংদো লৈথোম লৈনাংওম মপান কনা চেম্বকই। কোয়োহুথগী মল্লম চংলমদাইগী ওাংগ্রানবা মচুনা ময়েবদা ঈচেলগী কমবা থৌগংজি। য়াংমদা লৈভ্রি — শোংজবা নায়ক 'পিংলাক'।' - মুহ-মুহ হায়বা মীববা থোরেলদা কোকিলনা থোইাংঙক্লি। লৈয়ে তাম পিবলাই,

মখিংকী শংবাম্নবা মচুনা অমুক্তং ওমহৎলকপওম তুবেলগী বাংমদা থাম্না লৈবা উবি শংবাম্নবা অতিয়াগী মকা লাম্নবা মূর্তি। তেজবা কৌবী চেন্না অনিনা লাম্না চাক্তাক্রবদগী হন্নীনরকপত্থ য়েংলগা থম্বালনা হায়রকই— "ঐখু ফশেংনা লুগোংনিংবরানে ?"

মহাক্তা খোজেল অহু য়াম্না পিক্লকখি। হায়ওম নুংশি হৈতবগী সুম্ন ওমগী য়াউখিদবে। খন্নকই "থম্বালগী নুংওম কন্নবা থংম্নোইত্ত্ব মোম্না নৈশা কংবদা পেৎথরকপওন শোদোক্লবোম্ন।"

তাঞ্জা অহুমক্তদা তুংলোমদগী মী থরা লাক্ত্না কোকথক্তগী কবিনো অমনা য়েথরকই। থম্বালগী মীয়বা খোজেলনা তৌবিক্লন্ন হায়না লাউরবওম মং ওইনা ভাহোই। ঐদি জান তাম্নমদরে। মচুগী রাম্ববিওদা ঈশাগী লনম্ন মাংহলম্মে। তাব তারকপদা হন্পি ডাঙগী কহুংদ হিগুনা লৈরম্মী। ইনাক্তা থম্বালওম্নবী নার্চ অমা শংলম্মী। কোক্তা বেগুজ লেংবা য়াদনা পুন্নম্মী। মন্নি-মন্নি তৌরকপনা কনানোম্ন থংহোদে। চেং থজিক লৈরম্বনা হীংলম্বনি। কবিওম্বদা থম্বাল ফংনরদি শোইনদা হংগদবনি কয়ম্না থোকপ্রিবনো ?" অহুবু ঐ-না অনা লাইবম্ন-ম্নবমৃক্তদা পাউ লৌরত্রবনিনা পুন্সিদা অমুক্তা উম্নখিনি থাজক্লত্রে। থর-থর কয়কপদা নার্চ অতুনা তম্নকই— "ওও থয়না হাংকদগী তৌয়কপদা মীথোল তাম্নক্ত্না থম্বাল কৌবী মুপী মচাহু পুরগা চেনপি। হৌজিক কাউবা থিবা কংত্রি।"

শাংলবা মুংশাথোর মপী অমা হোন্দোক্লগা ফমুং মথক্তদ য়াতাম্নম্মী। শিরম্নবদি কয়মগদবনি। অত্তম্ন ওমহৌত্রে। মহাক্লা কদাইদা লৈবিগদা তংতনা বিংশিংলকই। ঐনা অনাব ওইনিংলম্বদি অসিদা নত্তে থম্বালগী মতম্বাক্তনি।

"মহাকপু কনাওবগী থম্মোই পাংত শাংলবিগত্রা ? মুমপাকগী ইবাং য়াউয়মম্নবম্ন ঐগী মুংশি মৈখুনা চুশিনখিহনা পুন্সিগী খোংলোয় ওইনিংলমবনি।" অসিওম্নবা য়াথলনা থম্মোই মরাং হৌবিদৈ

মপান্দ" খন্বাল কৌবী মুপী মচাহ্ন তুক্লেলপী তাউক্ক্না কংলে। অঙ্কুব্ মপাদি হৌংলমজ্রে।" হায়না ঙাংনবা তান্নমী। মতমহুদা ঐলে রাম্বরুবগুম তৌখি। ত্তৌইশুবন্নং মীৎ অনি পাংথোক্লকপদা ঈমাং মক্তুম্না মণথোম গিলাচ অমা পায়রক্নুনা ঐগী পুংশিজরবী ঈচল চন্দ্র সখীনা লেপ্পা উবকই। নোকমি নোকমি ত্তৌরপা হংলুকখি— "তামোসে য়াম্না নুংঙাইনা তুমলুরমাক্লে, অম্মুক থেংলবামক্তদা হৌগংকনি খংখিক্রে। চোইরোলস্থ কয়াম্না ঙাংপ্রবা। করি মংবু মংলম্বগেনে ?

৮৯



# পোনগী চেক্লা

কালেন থাগী নোংমাইজিং নুমিৎনি। অঙাং খর খোঙ্গালদনা শামরম্মী। মখোইগী মরক্তা কপবা য়াউরকই। ফুনরুম্নাগ্লে চেম্ফোক্লুবনি, নৎলমগে। বিজয়গী লোইজবা তেনবা, মকোলদগী পায়খোকখিবত্থদা ফাগদগী লাংনরবা ওইরম্লে। ঐবু উবামক্তদ হায়রকই— "তামো! ঐগী পোন্নগী চেক্লা উশাথক্তা তোংছুনা লৈরে; খরা কাবিয়ু।"

হিক্লা হিক্লা কপখৎলকই। মুংঙাইরক্তছনস্থ অবাব উশাথক্তগীছু করম্না ফাগনি? চম্মরকখি। ঈকুলদামুক ওবা হোৎরক্লে। খল্লমগনি— ঐনা শোইদনা ফাহুনা পিবা ওমগনি, তৌশিন্নরিবনি। খনফম থংঙক্তরে।

চেক্লা অসি বিজয়না লোয়ৎপদগী লৌরুবনি। মাবু ফংবদা হরাউখিছুনা নীতিগী মরোল তম্বী, মচিঞ্জাক হম্বী। চেক্লা অছুস্থ নোংম-নোংমগী মরোল শেংনা ভাংব ওম্লক্লে। থাজরকপদগী য়োহিলং থাদোক্লে, থোং খিংঙক্তরে। অছুবু পায়থোক্রমদে। ওসিদি বিজয়না চার রাম্লিঙৈ, থংহৌদনা পায়থোকপ্রগা উশাথক্তা তোংলম্মী। চাক চাবা লোইজ্রিবা বিজয়, মখুৎ হাম্দোক্তুনা তাম্নরকই। মাগী মতৌছুদা অনেম্বা মশা অমদামুক পারথরকই।

বিজয়না কপ্পা কপ্পা পাউমেল্লকই— "মরূপলোই! নংদি চেক্লা ওইনা পোকপনা অরার থংবিদনা কদায়দনি চৎলিগে? নংনা লৈত্রগা কনাগ রাবি শামিম্মনি। নংবু অস্থক য়াম্না লুনা তৌবদা পেত্রখরানে? পোন্না লৈনিংত্রগা করিগী হায়দগে? তাইবং মপোক তিম্নদবাছুদা ভুংশিদছুনা তৌরিবরা?"

চেক্লাহুন্না তাম্বদগী খুন্নকই— "নুংশিব্বা মরূপ ! নহাক্কী থম্মোই করম্মা পেলংবা ওমগনি । অহুম্মকপু নংগী নঁতৌ উম্নগা খোংথাংবা থোকত্রবনি । করিগুম্বদা ঐগী অরাবদা খজিন্তং রাবিবা ওম্বা, তুনা ঐগী মৈচাক থম্দি কোকপা ওম্বাঁ ওইগনিঁ । পুন্সিসে অরাবদা শরুক তরা হেন্নিরনি নংঙোন্দগী । নথোই তাইবংমীদি থম্মোইদুনদা চ ক্লুবা অরা-মৈশা কনাগুম্বা অমগী মকমদা কোংদোক্লগা থম কোকপা ওম্মী । ঐগীদি কদাই ? কনাদ তন্নুনি । তৌইগুম্বনুং নংগা তিন্নরুবা শরুক্তগী চেক্লাগী মপোক্তা পোক্লবস্থু থম্দি নংঙোন্দা কোংবা তান্ন মহুংগী চংথিবা ওম্নগদবনি ।

নহাক্কীদি নমা-নপা, নচিন-ননাউ পুন্না লৈমিন্নহুনা নোক্লি, হরাউরি । চাবু-চাবরস্থু, চাবু-চাত্রবস্থু লৈমিন্নবা হায়বদি তাইবং মপোক্কীদি নুংঙাইবনি । ঐগীদি কদাই—পলেম মশক থংলকপদা পম্মৌ লৌথিল্লে । রাজরবীনা চাউনবা য়োক্লকপনি । নোংমা চাক্তাব চংশিনরিঙৈ ইহুমদগী তাইবংমীন্ন ফাহুনা পুবিরক্লে । কপতুনস্থু তাবিরমদে । ইমান হল্লক্লগা কপচরম্মী, থোশাবিরমদে ইতুং ইন্দূনা লাক্লম্বনি । নুমিৎ হুমনিগী মতুং, ঐবু নথুংবা শিন্নওক্লবদা ইমা অহুস্থু অমুক থংখিল্লে । মকম থংদহুনা লাক্লবনি নগাক্কী মীনুংশিদগী লোইনা কাউথোক্লুরবনি । অহুবু ওরাং মংদা ইমাম তোয়না কৌরম্মী । মীকপ তাবদা হকচাংগী ঈ ঈশিং ওনথ্রবনি । শোইদনা অরাব নংলম্মগনি অমুক্তদি য়েংলুথিগে, শাউরগনু ।

নংঙোন্দা হংহুনা চংপা ওন্নোই থংবনা থুদোংচাব ফংলিঙৈ থোরকপনি । পাউমেম্নরমদনা চংনিংদহুনা তায়রিবনি । বারৌগনু মরূপ ! নংগী কপ্পা উম্নগা থম্মোই পুবা য়ারক্তে । অপোকপীবু খিবা ফংত্রবদি তম্না অহুম্মক হল্লকল্লি । করিগুম্বদা খোঙ্গুল লৌরিঙৈ পুন্সি রাহিপ তানবিরা থোক্লবস্থু হন্দকী মরি থজিন্নু লৈনখিবসিনা হক্লেমুক্তী মপোক্তো গৈরাংগী মপোক কাদম্নগা লৈথোক অমক্তদা শাৎমিন্নসি । মজমহুদা অশেংবা প্রেমগী উইরবা থৌবিনা পুন্নগা নোকমিন্নসি ।

নহাক্কী পাম্বৈদগী মীওইবগী লমচং কয়াস্থু মীৎথিংনা য়েংবা ফংলবনি, থংলবনি, তৌবিয়লক্কৌীয়মক তাকপীবু । লৈহৌরোক্লো

অমত্তদি ডায়রমখো, পাউগেন্নখিসি কৈকৌগে ? ইমা ! ইমা ! ঐগী পোনগী চেক্লা কব্বিনো অমা তৌখরে । ঐ অমুক্তা য়েংঙু ফিগু !"

অয়োয়বা খোঙ্গেলদা ইমা হায়না কমা কৌরবদুনা ঙসাইমখৈ ফুক্তিম তুমিন মহাক্কী চোইয়োল তারক্লিবা কাংবুদা অকিবা পিরকখি ।

নৈবাক্লা শাব লাইগুম থবাই পান্নবা হকচাং পোলাং থল্লক্লা চৎখিরক্নে, বিজয় । নৈরক্লিবা ময়ামদু ইগা থাগী নোংখোংবগুম মখোল খোক্লা কনররকখি । বিজয়দি মমাগী মীকপতগীদু লাপনা চৎলখবা হক্লা অমুক য়েংবিরক্তে । হকচাংগী চৎপা তমত্রদুনা থরাইনা থিবা চৎলম্মে । চেক্লা মান নীংতবা পাক্লমগুম বিজয়গী মথম্মোইনা থংগমক্লবদু মথরাইনদি মিংতবা পাক্লমখোইদো--- .. .

নোংঙাবা তায়ঙমদনা, কাঞ্জনা মৈচাক্লা থুমহৎলবী মমান যোংকমদা চৎখিকনা উবম্মী— বিজয়গী থরাযনি থমজরম্বা পোনগী চেক্লা রৈতাল অবাব মথক্তা শিন্দুনা তারবা । পোনগী চেক্লা নৈমাইথক্তা তাক্লিংদদুনা মোংকমথক্তা অশেংবা প্রেম চাংদমগদগী থরাই কৎখোক্লিত্রা ? তাউ-জবী মমাদি দুংশিমনখিদুনা মচামক্লি থম্মা মথাহ কোনথংলগা তেংথা তেংগান কমকই । চেহ্যোক্লদুনা য়েংনরম্মী ।

বিজয়গা কবিম্ভ খোক্লত্রবদু ঈংখোল অমত্তদা নৈবদগী তামো হাক্লনা কৌরখনি । মাগী তামো হায়বা খোঙ্গেলদু ঙসিদু থম্মোইদা ঙংদুনা নৈরি । মমান কপ্পখদগী নোক্লদুনা অঙাউবীগুম শিথ-শিথনা চেম চোংলম্মী ।

অদুক্তা নোংপোক মায়কৈ শাৎহৌব মুমিৎলৈ, নোংচুপ মায়কৈ ওমথিদুনা নৈমন চক্লয়ে । নোংখি মংলবা মুমিংকী শংবাযরবা অতিরাদ নোংজাথীনা শারকই । উবোক থবদু নোংথক্তা পরেং নাইনা পাযরক্লি । মহুদু যুঁঙো য়েংলিতৈ সন্ধ্যা আরতিগী খোঙ্গেলনা নাকোং অনি গোক-থাইশিগদবণ্ডম তৌরকখি । "আই হৈরক চাগদলী নীতিগী বাথোঙ্গা চেঙবা, তামো ঐগী অমদা হায়দুনা মথুং তেং-ওই তিংখোক্না নিরবা বিজয়দু অমুক কথিগক্লা ..........?" চপ্পরকখি ।



# পিরাংলক্তা শাম্নবী মমি

কুমজ'গী মতুং, মতম কৌবী লাইরেম্বীনা অইবং থুংনা য়েন্নকই— বারুণীগী পাউজেল। পাখং-লৈশাবী, অচন-নহা শাক্তনা লাংনবুকই, শিব মহাদেব খুরম্নগী। নোংপোক চীংখৈদ কোব্রৌনা বারুণী য়েংগদগী অমম্বু থীন্দনা তাস্থোকখিরম্মী। মৌ নহানা মন্নাইবক্তা সিন্দুর নম্বগুম ভঙ্গাং-ভঙ্গাং থোরকখিরম্মী।

মতমতুতা নংহৌনবা ভন্তা হৌগৎনতুনা যোগীজান মহাদেবতা হৈরুক কৎলম্নিবশিংতুগী মরক্তা নিংব কাঙ্গৈব্বী শমস্ত যাউরক্লম্মী। নমদা থোংই— নম্না অপিশক, মথুংতনা হৈককনি। লাইফম উরকপদা মপী তারকখিবা থংহৌদে। হৌগ্রবা স্মৃতিনা নৈহৎলকখি—

বারুণী মেলামক্তদনি। মৈতৈনা খুরক হাংদনা লৈরমতুনস্থ রেল ষ্টেশন লৈরকপদগী, মীথুংব লেপ্তে, মমল য়াম্না ফংলবদবু হায়নতুনা মন্নাংদ য়োম্প্তোক্লগা চৎনখিবদগী খুনতাক লাইশিংগুম্নবা রাধানগরদা লৈরিবী নমিতান, মমাম্নবীগা মেলা য়েংবা থোক্লকই। লাইফমগী নুংথক্তা কম্নম্বা পাখং অমবুদি অতম্ননা য়েংনিংলকখি মশাহু হমাংন চোৎলকখি। খন্নকই— "মহাদেবনা কুবিরক্লবরা ?"

নোংমদি সুংশি ঈপাক্তা ভাউমিন্নরক্লে। পাখংগী থম্মোই ষ্টরোংথু পুন্সিচুম্নগী য়েংচরক্লে। নোকমিনৈ— নন্নান পুন্সি মমি তম্নক্লরদা। নবিন্নাউ হায়রকই "মমি ! যোগীজান বাবান কুরুমদি খুংনহক্লে। মতুগী করিস্থ কৎমিন্নরক্লি। চৎলুসিদনা ?"

নমিতান খুম্নকই— "কীকমসিদবু খুরম্নবরনে ? ... অহম পুন্না ... ... ......... ... ।"

"ঐখোই অহুম হায়বদি · ·· ? অতৈ কনাগ
"মপা ওইরক্লগদি, কনাগনো থংবিক্রবোইরে?"
"অঙাং পোক্তিত্তৈনা নাহৌং ··"··· · · · ফাউথোক্লখ্রেদনা ।"
—মীৎচায়ে।

মপামদা থরক্তিগী থম্মবনি। শিলংদগী কাশ্মীরদা শিক্লে নবিন। চৎলমদাই পাঙমেল্লম্মী "নমি! ঐতগী শেল্লববা নংসে, করম্না থাদোক্লুনা চৎকদ্দ'না থংগক্তরে। লাম্মাগী পুন্সিনি। ঈশ্বরনা করি তম্মিগদা? নংঙোন্দগ্‌নু রাহলক্কে রাম্নমগন্নুকো।"

মতমচান থুংলনবা কপ্প-কপ্প' হায়ঃখি ন'মঙা। থম্মোই অনিগী প্রেম, মহাদেবঙনা থংখিরম্মী।

বারুণী মরি হোৎম্রবান। নবিন য়াউদ্দবনা চৎনিংলমদে। হন্দক্তি লাইগী লমন তোনাশম্নিংদবগুম কৎথাকপা লাকই। লাইকমদা মর ইরক কৎতুনা কাথৎলগা হৈরুক কৎলে। হৈথরক্লিবা মণগোম, মহাদেবকী অঙ্গদগা চেম্বরকপহু য়ারগা মচাদ পিথক্লকই। খুরুম্লগা হায়ররকই "প্রভু! নোংমদি নচাগা নিংবা থুংহন্নীখি। করি লানজখিহুনা করম্বগী পরীক্ষা লৌবিরিবগে? করি ওইজো হায়রিবনো? তাকাপয়ু— য়ুম্বাল্লবা মুপান চৎখিবদগী হম্না য়েংবিদবা অসিবু করম্বগী শাজৎনো? মুপী ওইবীনা অথাংকবী ওইগম্রা? সমাজগী রাথি কয়া থা চিক্কুনা থাংলকপনি। পিয়াংলক্তনু শাম্নরিবা শাম্নবা মহাক্কী মমিসিঙদি মাংহম্নীগনু। উম্রক্রিমথৈ হৌংবগী থোনা শিনবীয়ু কৈদৌগে?" মপি শিম্বনা বক্তিং চাক্লিবহু য়েংলকই। চিংনরকখি— "অতোপ্পগী মীৎয়েং তাপ্পরিদম্রা? নিপাদি তবাগী মপুনি হায়নৈকো? শিলংদা থাচিম্না মুপী লৌরম্নগা লংথোক্কুনা চেম্নখি হায়নৈ।"

যমুনাগী ঈচেলনা মহাদেবকী মন্দির কাউনা চেহ্‌খিবহুদা নমিত্তাগী মথম্মোইদগী কামথোক্লক্লিবা পীগী ঈকুৎনু য়াউহম্নিংমনখিম্নুনা লৈমায়থক্তা তোপ-তোপ তারকই। কনানবো মহুংদগী কোয়কপাঙম ভারকখি। মহুং ওৎহোক্কুনা য়েংঙকপদা উম্নকখিদে। চিংনরকখি—

খা তরা ল'য়েংডকপনি। ঐমকস্থ খল্ল দ্রবনি নংগা অমুক উন্নখিনি ?"

"ফন্নবরা ·· ········ ·· ?"

"ফৎত্রদবু উন্নখিদরা ?" খুদৈ হোংলকই। মখোং নাম হাউরমদবা উরকপদা খংকোন কোনশিল্লগা কল্লকই।

নবিন্না থেন্নকই মকোক্তা নাল্ল-নাল্লতুনা— "অপংবীসিমা! আর্টিফিসিয়েলগী খোং ওইতুনস্থ হীংমিন্নবদি ঙমখিনিদনা ?"

পিব্রাংন শান্নবক্লিবা নবিনগী মীৎলুদা শান্নবা মাগী মমি তান্নিবতু হেংখৎলকপদা উরকখি। নমিতান ঙক্লা য়েংতুনা লৈরম্মী। খান্ন চন্দ্রবা ঈরান নুজাগী মখজাইদা লেন তারকপগুম কেল্লক্তুনা ওমচাক্লরবা থম্মোইদু লৈখা তান ঈংহল্লম্মী। পাম্বোম অনি কারক্তা চেজেৎ কোনশিনখিতুনা থম্মোই থম্মোই চীল্লোরুখিবতু জুহার হাবগুম থং-থক নীক্লকখি।



# লৈই অমগী ৱাংমদা

মীকুপ অমত্তা পোৎথাব শংদনা উরু-উরু লৈদুনা চেল্লরুমখিবা একাগাড়ী, শুমাং ময়াই য়োৱদুনা লেপ্লম্মী। ঘড়ীদ অমুক্তং মীৎয়েং থমলুবদা উরম্মী— সন্ধ্যাৱাইরমগী পুং মঙা তারকপা। কুমথবগা চাক চাথোক্লুখিগে খল্লুবনি; অদুবু ঙম্মকখিদে।

পুক্লুংদ লানফম ওইরকখিবগী ঈৱাং অমদি, ঙসাই হল্লকুমদাইদনা ফংপ্রবনি। মদুবু থৌশাদনা লাকখিবা, মতুদগী শাউগৎলকখিবা পুক্লা থরো-থরো ওন্দুনা খাংলকখিবা তিল ময়াম্না; মতুগুম্বগী অৱা মৈশা কনাগুম্বনা নংলমগনি হায়বা থাজদে।

একাগাড়ীনা মদোম লংথোকপীরমগদোরে খংঙক্লদুনা মথম্মোইদা লোৎলকখিবা ৱাহৈ কয়া ফোংগদগী তোৎনরকই। মদুবু ঐনা ষ্টেন ঙাকশিন্না য়ারক্তবদুদা খংঙকপনি। মনিং চকাগী স্পোক অম্মমদা মকম কয়াগী ৱাহং চেল্লরক্নুনা তল্লকপন্থু তারকই। নীংঙমদনা শাউনিংবদগী ঙকচান্নবা লৈথোক্লুই।

নিপা মচান চংঙক্লুনা গড়ীদো অমুক্তা থোক্লগে হংলকই। মতমদুদা নিংশিংলকখি ঐনা ঙসাইদগী চম্মন্নবা লৈথোক্লুবদো। থম্মোইদা ৱাহং কয়াদুগী অর্থ থিরিনৈ ইন্থোক্লুনা পুথোকখিরম্মী। মতুংদগী মুন্না য়েংলগা শোলহৌই— "লৈই অমগী ৱাংমদা লৈরিবা পুন্সি, ৱারমগনিদকো ... ... .. ....?"

নোংঙাল্লকপদা রেল ষ্টেশন্দা গাড়ীগী পাঙ লৌব থোক্লুবনি। নোংপোক মায়কৈদা চেনগদবা একাগাড়ীছু নোংচুপলোমদা চেল্লকখিবা

খংগৌরমদে। খরা চৎলগা লেপ্লকপদা খংলকই,— এসোসিয়েশন অমগী সেক্রেটরী ময়ুমনি। ঙহাক ফম্লিঙৈ চংঙক্লম্মী। উরকপামক্তদা হৱাউনা হায়রকখি— "তামো। ঙসিদি মমাং মায়কৈদা চৎলুবা তারে। চৎমিন্নদবা য়াত্রবনি।"

অদুগা মহ'ক্না অসিমসু খংহল্লকখি— নহান হৌখিবা নোংমাইক্তিং সুমিন্তা মনিং মায়কৈদা লৈবা মরূপ কয়ান ভৌবিমল খংবা উৎপিদুনা তরাম তরাম ভৌবিরকপদু।

ময়ুম ময়ুমদা চৎতুনা শক খংনরুবগী হীরম অসি ইশান পুথোক্লুনা থমখিবা শরুক্তগী মহৈ য়াল্লে, নুংঙাইরকখি। চৎপদা য়াউরবা হায়বদুনি খল্লকই। তন্না য়ুমদা হল্লক্লম্মী— করিগুম্বা অচা অথক খর পুক্নুংদ তাহনখিব ঙম্নবদি খল্লুবদগী। য়ুমদা করিসু লৈরমদ্রে। খল্লুই— "ময়ামগী ফননবা হোৎনরকপদবু খরা ৱারবসু য়েংশিন্নদ্রগা লোইরেদনা ……………।"

ষ্টেশন য়ৌদ্রিঙৈদা হোটেল অমা ফংই। তন অমগা চা গিলাস অমগা লৌদুনা থক্লিঙৈ অমা অনি থুংঙদুনা তরুক শুগৎলম্মী। মতমদু পুং তরা মথায় লাম্হোকখিরম্মী।

অসুম অসুম থুন খরা চৎলুরগা অরোইবা ওইনা মফম অমদা লেপ্নরে। নুংথিলগী পুং অহুম মথায় তারম্মী। খুদক্তুদা পুক্নুংদ লানকম ওইরকখিদুনা কপ্না লাউনরকখি। উপায় লৈরক্তুবদা য়ুম অমদগী ঈশিং বাল্টি অমা লৌরগা মনিংলোমদা কোপ্না থাজিল্লিবা চিক্লবা কা মচা অমদা বা তান্নবা চৎলম্মী। ঐনা অসুম্না লৈথোক্লিঙৈ, মথোই খরনা চৎখিদুনা লৈকায়দুগী মায়চৌ কয়া উন্নরগা শকখং চে পিখৎপা হোগৎলম্মী। পুক্নুংগী ভিল ময়াম্না হস্থনগ্রবদা হকচাং খর নুংঙাইরকখি।

সুপী মচা অমগী ময়ুমদা চৎনখি হায়দুনা চংসুবনি। ময়ুম অদু ভিংনা চংখোম্না শারম্মী। মৎোৎ কারকপগী নোংলৈ সুংশিৎ মরক্তা

নীতিগী কেকোৎলোৎপী শান্নরম্বী, বোং-বা লাউবিনবা কনা লৈজন্দ্রবনা লোৎলি হায়বা অতুমল্লাই ; খোম্লাং মনম কোক্রিরবা অঙাং অমান "নেনে" হায়না কৌরকপদা মথন্তা চেপ্পোরক্তুনা ঐ অসিদা লৈরে হায়না ফোংদোরকপাগুম তৌই। কোয়রবংনরবা মায়থোংদ মীসুংশি খংলবা মীৎম্না থম্বাল অনিনা তগুপ-তগুপ পাংলগা লাইবকথীবগী মতাগুম, মথম্মোইদা লোৎলিবা রারি কয়া খংখিনি হায়বগী চোকশিন্নবা, নোক্লিংদতুনসু নোকশিন্নবা শারতুনা ইচুমতাবীগী লৈই রাংমদা লেপ্পুনা য়েংলকই। তথোৎলবা মচিষান অনিতুনা লেংলি-লেংলি ভৌরগা ঙাংলকপদা মশাগী অশোম্বা বাহৈ থরসু য়াউরকখি ; মহুৎা নতুনা অসিমসু উরকখি মাগী মকোক্তা গৌরিবা শন্নাং ময়'ম্না মকশিন্নবা মমায় থাংগৎলগা রারি ময়াম তম্লিংনা তৌরকপা। মখোং খোংবীনা লৈবাক্তা খোৎলগা মপুন্সিগী স্মৃতি কয় নিংশিংলক্তুনা মুজাগী থম্মোইদা কাঈকৌররিবা অহু, অতৈ কনানসু উরমগনি থাজদে। ফজবনা নীঙোলগী হকচাং তুবুম অম্মমগী তুখোংদ চংশিতুনা হৈনিংঙক্তবগুম তৌরকখিবতু কনা কন্না লোৎকদগী হোৎনতুনসু যাবকখিদে প্রকৃতিগী খুৎশেম্না তাইবংগী লবুক্তা সনাগী পামফেল লংলগা, মালংবগী মতুমদা হাইনা হন্না জগোয় খুৎথেক হাপ্পকপাগুম, হংগাম মপান মচুগী ফানেক্কা খোইথা থোংলিবী, অদুক্কী নোমলিবামখৈ ফজবগী ঈথক ঈহৌরক্তুনা লোৎপা য়াদনা রাখল ঈপ'ক্তা ভাউরকখি।

তাইবংদা নীতি-নিয়ম হায়বা পোৎশক অমা অকন্ননা লৈরমদে। মীওইবনা কজরবনি থন্নরগা শেম্নবনি। মতম অমদা মৈতৈনা শা চান্নরম্মী। মদুবু ময়াম্না রাশরুহুনা চান্নরম্নোইশি লেপ্পখিবদগী তোক্লাখ। অহুগুম্না কৎতবনি হায়না খংনরকপদা পার্লিয়ামেন্টকী সংবিধানমকসু নৌনামুক শেমদোক্লি।

শান্নরা লাউরি "অমাংবদগী সনাবু লৌথৎকনি।" মহুমক্তদা জাতিগী মনুংদ তিল চংলিবা, অচৌ মচাগী রাখল, অতোম্বগী থম্মোই পিকপা পুকচেলশিংসে লৈহন্দনবা হোৎনবা ঙমদে। মবিজ্ঞান মীকোক

থংনা চখৎপা ডম্লগা মীওই অদস্ম অতোম্বা শাগৈগীনি খন্দোক্তুনা শিংথানদ্রি। মসিবু কোক্লবগী শম্মী, অত্তোপ্পা অমা লৈত্রবব্রা ?"— অস্মন্না থম্মোই মরাং গৌরিউ সেক্রেটবী বিনোদনা বিহ'ৱীগ লোইনত্তুনা চংঙকখিরম্মী। কৌৱকপগী মখালদা মংফাউৱম্মী।

বিনোদনা হৌদোরকই— "কামো! ঙসাই ঐখোইনা অকোন্বদা উন্নকবা নুপী মচা অত্তুনি গুণবন্তী হায়বদো। গ্রেজুৱেশন লৌগদগী হোৎনৱিবনি। খৱনি মমাংদ নুংহোংগনি তৌৱকপদা, মশক খংদবা পাখং মচা অমনা য়ু থকচিন্নগা অগোই য়েঙ্ববদগী হল্লকপদা খুজেং পায়দুনা চিংলকখি। নুপী কারে হাযনা লাউনৱকখি। করম্নদি নাম্বোকহোৱে মত্তুদগী নুংগোংব তোক্লম্রে। লাকচনা তৌখিবগী নুংনাংগিত্তুনা ঙসিস্সু মমান্নবগা তিন্ননিংদে। মত্তুনা ওইৱিগনি য়ানিংদনা তৌৱক্লিবা। মত্তুগী করিমত্তা খঙ্গীরুগনু।"

করিস্নু থুমদবামখৈ অত্তোপ্পা ৱাৱি থৱ শামিন্নৱগা ঈমুংদ চংত্তুনা হিপ্লম্মী। থল্লকই— "ঙসাইদগী শাগৎলম্বা মূর্ত্তিত্তুগী কীয়েপ চারেদনা।"

কামোবু নিংশিংলকখি। মান হায়খিবনি— "নুপী থিৱগা লৈমিন্নত্রবোইদি থিদবনা হেন্না ফবনি।" মখোই অনিগী মরক্তা চাংদম্নক্লবদা উৱকই— অমনা সার্টিফিকেট পায়রগা থবক ফংদবনা ককত্তাউনৱি। অত্তুগা অনৱে'মদনা গুণবতীনা মত্তুগী সার্টিফিকেট অত্তু মখুৎ চন্নিংত্তুনস্থু ঙমদ্রিবনা চম্মন্নৱি। ফংঙৱোইদ্রা হায়বগী মথৱাই ৱাঙৱি।

কামোন সেপ্পী, ফক্লং অমগী ৱাংমদা। অসোম কাদ ধূপ থাউমৈ থাবগী মনম, খুজিগী মখেল, ঈশৈ ঙংবগী খোঞ্জেল নীংথিনা তায়। অদুবু মপাঙ্গল থোক্তবনা ফক্লাং অত্তুনা থুদেকপা ঙমদে। নুমিৎ থোককমদা লৈৱিবা মহাক্না নুমিৎ তাকমদা য়েংলগা হীংব তম্লি।

অত্তুগা গুণবতীদি—সমাজগী চৎনবীনা মরেক লান লৈই চিংত্তুনা থম্লিবত্তুগী ৱাংমদা লেপ্লগা মৌশিংদস্ত চনঙমদা, লৈশাবীনিস্থু হারঙমদা তৱক-তৱক মদোম তাইবং লীলা মমিং থিংনা য়েংই। সমাজগী লৈই

অবুত্তু কান্থোক্তুনা লান্থোকপা ঙমখিদবনা মখা চিক্লা থাংলি। তৌইগুম্বসুং পংখৈদি অমত্তনি, শিব ঙায়বনি।

"মীনুংশি খংনদ্রবা তাইবং মপোকী খল্লুবদা তুক্কংচরকই। মীওই-বনা মীওইববু মতিক চাব তৌবিমল পীবিনিংদ্রবা মফমত্তুদা হীংবগীসু করিদি কান্নরি?" —অসুম্না থম্মোইবু মথক মখা ওন্থোক্তুনা শান্নন্নিঙৈ, চাকথুমদগী চাক চাররো হায়রকখি। ফমুংদগী হৌগৎলগা মপান থোরকপদা, পৃথিবাবু অমম্বনা মচেৎ অমা থাক্কনা য়োৎশিল্লম্বা উরকই। খল্লকই— "মীগী মপোৎ, মশাগী ওইনা অমুক্তং খন্তবা ঙম্নদ্রবা মফমদুদসু অসুম্না মন্নিদ্রা? পোইমুদা উচিনা মতু লোম্বগী রাখল, লাই হাক্তক্তা হিংচাবশিংনা মীগী মতু-মচা মুম্বগী পুকচেল, অতুশিংতুদি করিগী অমম্বনা শাইতুনা মাংহনখিবা ঙমদে? থাংমৈ চুখৎপা তনগন্বা কামোগী কাদ ময়ম্নবসু, গুণবতীগী নীঙোল কাদদি মুশি মুশিনা থাংমৈ মুখু অমদি চান্নমগনি। তেংগালিনা থল্লক্তুনসু খরদি ঙাল্লমগনিদনা?

খন্না-খন্না, মুংঙাইত-মুংঙাইত ঈমুং চংলগা, চালুক মপান্দ ফমথনবা হোৎনরম্মী। অতুবু কাউবা ঙম্মকখিদে লৈই অমগী রাংমদা লৈরিবা পুন্সিনা রারমগদবদো ………………।



# শরুগী পোলাও

"বাবু পৈশা ঙরাক্তং ........................"

চহী তরা নিথোইরোম শুরবী মুপী মচা অমগা তরেৎ-নিপাল্লোম শুরবা নিপা মচা অমগা ভিক্ষা নিবা লাকপদগী শুমাংদ লেপ্তুনা লৈরম্মী। সাইকেল ঙাকশিল্লম্বগা ঈমুং চংগে ভৌরকপদ নিপা মচাহুনা মথুৎ তিংখোক্তুনা নিরকখি।

মতৌহুদা চংঙমদনা লেপ্লগা হংজুই—"কদাইদগীনো নখোইদি?"

ঐখোইগী য়ুম লৈজদে বাবু।" নিপামচাহুন খুমকই।

"নংদি! নমিং করি কৌই?"

"বাবলু ........"

"মহাকসে নংগী নচেরা?"

"মানি বাবু?"

"কনামত্তা লৈত্রবরা?"

"ইচিন-ইনাউত্ত ঙায়ক্তরে বাবু"—মুপীমচাহুনা চু চান-চান মশাহু মোয়্লগা খুল্লকই।

"থবক শুরগা চাবহু্ৎপামদ্রনে?"

মুপীমচাহুনা নোক্লা নোক্লা খুল্লকই—"মীওইবনা অপাম্ববু কররম্বা মতমদা খুংনপ্রবগে বাবু? থবক শুবা তম্দূনা তৌরিবনি হায়রনবা তংভনা ভায়। মহুগী করিম্নু তুচুংবীরুদে ..................।"

"বাবলু! নচেসে ঙাউবরানে?"

বাম্লুনা ওাংলক্লিবৈ নুপী মচাতুনা ঙংলকই— "মানি বাবু! ঐদি অঙাউবানি। ঐঙোন্দ হৌরক্লবদি য়ান হেক্তা চিকথংলি।……… য়েংবিয়ু বাবু! নহাক্নসু মটর সাইকেল ওেংতুনা লাকপা নিপা অমনা ঐংখোইগী ঈনাক য়োরকপদা চপ লেপ্লকই। মমিংতা অমুবা আনোক উপ্লকই। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হংঙকই— "ঐখোইগী য়ুমদা থবক শুবা ভমগদরা ?"

'ওএগনি। থবক্তী করি করিনিনা ?" —খংমুই।

"রাইরম কোম্লিক শেংবা, ফিজু-ফিজ মবা, ঈশিং পুথোক্লুনা লুজনবা পিবা, অমনা হকচাং নোইবা।"

'অতৈদি…… ?"

"অতৈদি খেইনা লৈতে। করিগুম্বা নংনা হৈনিংঙগা চা লোম্বসু য়াই।"

"পৈশাদি………………কয়া…………… ?"

"চাব থাদনা লুপা নিফু পিব ঙায়রবতুনিদনা ?"

"অদুক য়াম্বা থবক শুরগা পৈশাদি অদুক্তা……….?"

'নংনা থবক ফরগা কোন্না ফেনগংপিগনি।"

"মানদি মশা নোইবগা, রাইরম শেংজিন্নীবগদা থাগী য়াংবৈ পিগনি ঙায়রকই। অদুদি বাবু………।"

'ফরেনে, ফরেনে। নংনা অতৈ শুনিংব্রগা ঐগীসু অদুতা শুরো। য়ারেদনা …… !?"

"করি নুমিৎ লোব লাকনি… ?"

"হয়েং ওইনা চৎসিদনা… ?"

"ওসি অদুম নতুং ইন্নবা য়ারোইদরা ?"

"ওসিদি মকম অমদা চৎনুগে থোরকপনি। অদুদা…"

"হোয়নে হোয়নে, অমুক নুংখিলদা কদাইদগী পুবিনিংগদগে ? মীনা নোকরক্কনি নত্রনে… ?"

"অদুগী নত্তেদা ? ফরে, ফরে ভোংখৎলো চৎলসি।"

"বাবু নংসে নবুক য়াম্না কপনখরেবো। ঐনা হায়বত্তা য়াগদ্রি। বাবুনি কদাইদা চৎখিদুনা তৌরিবনো?"

"ঐদি মুপী থিদ্রি। পাখংমচানি"

"ও: অদুদি বাবু। মুপী হান্না থিবিখো। মুপীদুনা য়ুম পুবদা তৌপদবা মচৌ ঙাক্তনি

"অপংবৌসদি। মুপী থিবা ফংদ্রিদুনা তৌরিবনিনে।"

"অদু ওইরবদি, ঐসে নংগী মুপীনি হায়রোদনা?"

ঙক্লা যেংলগা তপ্পা ঙাংলকই "তুমিন্না ঙাংউ। মীন তাদ্রগা ইজ্জং মাংব থবকনি।"

"অদুদি ঐদি ঙম্মরাইবো বাবু চৎলগে।"

চংকে পোবকপদা প্রুকং পায়দুনা চিংগে তৌই। যান মখুৎতু কন্না চিকথংলম্লগা চেনগোরকুনা হাযরকই— "নশাগী ইজ্জংতি মশক শংলগা মাংগাদি খংনিংদবা ... ?"

মহাক্তুদা বাবু শিল পুন্না শিংচিন্নম্লগা লাকখিবনি। অঙাউবীনি অসিদি হাযরম্লগা অতুম্মক চৎখরে। খল্লুদো বাবু পৈশা খরতগী মথোদা মখোইনা খল্লবা রাখলদো। রাদনা ফংবদুদি পামদবনি।

ঈমুংদগী চেং খরা পুথোরক্তুনা পিরকপদুদা লৌরগা ভুং হন্না য়েংলদ্দ চৎখিরম্মী। মুন্না য়েংদুনা অতুম লৈহোরে।

থাবুর অমগী মতুংনি। বাবল্লুনা ঐখোইদা ফমদুনা ঐবু ঙায়রম্মী। ঊরকপগা কপ্লিং কপ্লিং তৌন হায়রকই— "বাবু। থবক হায়রগদো।" মমায় মমিৎ ঈ:পাম পোমখংলে। হংল্লুই— "নংগী নচেদি .... ?"

"খংদ্রে বাবু . ......... ?"

"নংগী নমায় পোমখৎলিবসিদি ......... ?"

কপ্পা কপ্পা তন্নকই— "বাবু ইচেনা পৈশা মখায অম্মা পিরগা পোৎ লৈরুচো থারকপনি। অসুম থোক্লকপদগী জজ ফিল্ডদা "অঙাংগী মুমিৎনি" হায়নদুনা ফীজংনা থাজিল্লবা কা অমদা করি করিনো য়েংহন্নবা

অঙাং মরাম চরাঙনবা লৈবা উরই। মথক্তা অঙাংগী কোটো মরাম অমা য়েক্নবা লৈরম্মী। য়েংব চংবগী পৈশা মথায় অমগী মথৌ ভার হায়রবদগী ইমান্নবা অমদা হায়জদুনা টিকেট অমা লৌহল্লে। ভহাক লেপ্নবা মপান্দ লৈত্রদগী চংগে ভৌরবনি। থোংশংবা নিপা অদুনা খুজেং পায়দুনা চিংথোক্লগা খুপাক্লা থারকই। নোংশাগুম ভংথক্তুনা লাউরকখি— "নথোইনা চংবা য়াব মকম মঙে থংদরা? লান্নুনা শিন্নবা লাকপা শাব্রি।"

হায়রিবদুদি অচুম্বনি বাবু! অমোংপা অঙাং অমত্তা য়াউবা উরমদে। খুৎতা পৈশাদুসু লৈত্রবদা বাবুরু মিংশিংলকখি। অদুম্মক লাক্লবনি।"

"নংগী নচে অঙাউবীদুদি মীন ফুবিরোইদ্রা?"

"কনানবু ফুই হায়গে। মান হেন্না শিংলিদবু। মীন তাখিন ভৌবিরকনি হায়বগী ভাউশিন্নরিবনি।"

বাবলু, ঐখোইদা থল্লম্মী। গীতা মন্দিরগী মচাক ওইরগা ঐখোইগী য়ুমনি। ভুনি খরনি মমাংদগী কৈথেলশংদা চাক্লিবা খর লৈবা উই। ময়াং মচানি হায়বদগী মপান্দ চাক পিজে। মশান চাবদু মশান অদুম্মক শেংদোকচে। চাক পুথোরকপগা চাব ফল্লমদে। মীন ঈমুং চংনপ্রগা চংভক্নবা ফমখে। অদুনা মান চাক চাবোইতা খন্নে। নীতিগী চাক চাব তোকপগা থিবা ফদে হায়বসে ঐভোন্দা তম্লক্লে। নোংমদি অত্তমনা থংনিংদুনা কনা তাহন্দনা মাংগোল কাগী থোংনাউ খজিক হাংদোক্লগা নাশোন্দগী মত্তৌ য়েংলুই।

বাবলুনা চাক অদু য়োমশিল্লগা ভাভোংগী মমুংদ পুজম্বা উরম্মী। থংহন্দনা মতুং ইন্নরম্মী। কৈথেল শং য়োখিবগা কৌরকই— "পাবুং! হৌগৎলো চাক চামিন্নরসি।"

থোড়া অত্তৎপা খন্না থারগা অহন অমা হিল্লম্মী। কদি শেগায়বা খরনা মথক্তা ননশিন্দূনা অইংবা খাংলম্মী। ভনিক্লবা খোজেলনা হায়রকখি— "কনাসু থংনহৌত্রা?"

অহন অচু য়াম্না ৱান হৌগংপগুম তৌই। শেগায়ৱা শারী শেংলবী নুপী মচা অমা চংঙক্লুনা অহনচুগী চাক খরা খায়দোরকই। মুশি মুশি থাংমৈ অমা চুথংলকই। ঙসাইমখৈ মশক লাকঙমদ্ৱা নুপীচু খংবগুম তৌরকখি। মান কম্না লোংশিন্নবা হোংনৱিবা শক্তমচু অৱংবা ঙক্লনগুম ঐগী মায়দা লোৎপা য়াৱকখিদে। চাক চামিন্নবা লোইরচুনা বাবলুনা হুনগে ভোরকপদা ঐনা কৌরুই— "বাবলু……"

"বাবু………" মশা মউ থক-থক নিকপামখৈ কপ্পিং কপ্পিং তৌনা খুম্মকখি।

"নংগী নচে নত্তরা লৈরিবসে…?" খুম্মক্লে।

. অগুক্তা হংলম্মী— "নংগী কনাস্মু লৈত্রে হায়ৱগা অহন অসিনা কনানো? নচিন থিচুনা ওইদবা ঙাংলিবা করিগীনো?

বাবলুনা চেনশিল্লক্লুনা খোং কোল্লগা কপ্লকই। নুপী মচাচুনা চাথোক্কনবগুম য়েংলকখি। অচুম্নদি ওইরগা ঙাকপীয়ু হায়বগী মীংলু ঈৱা খর শিন্থরকপা উৱকখি। অহন অচুনা চেপথোক্লগা হায়জরকই— "বাবু! ঙাকপীয়ু ইচান লাল্লবনি। কুমলৈনা ওইনা লৈজৱবা মপা ঐবু য়েংনা ঙম্মক্তুচুনা মচিন মনাউ অনি চংচুনা ঙাকশেল্লি। মপা অমা ওইচুনস্মু মচুগী তৌবিমল খংঙমত্রবা ঐসিনা হন্না হন্না হায়জরি ঙাকপীয়ু হায়না।"

তুমিন লৈখিরম্মী। ঐনা খংনিংনা হংলুই— "খুড়াবু হায় কদাইদা লৈবিরম্বগে?"

'ইবুংঙো হায়দোক্লগা করি কাম্নগগনি? অচুস্মু নংনা ম্লাগ্রা খংনিংনা তৌরবনিনা থৱদি তম্নবা হায়বচুনি। ঐহাকসে মৈতৈ মচানি। কাঙবম লৈকায়দা লৈজবনি। নঙোন অচু খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা পোংফম কম্বা নীত্তিগী চৎলম্মী, ঐনা চৎপা ভোক্লো হান্নরুবদা খুম্নকখি— নচাশিংসে কৱম্না মী ওইহনগদৌৱিবনো? মচুদগী নোংমা……………" তুমিন লৈথোকখি।

"মহাক্না করি তৌগ্রবা খুড়া ?"

"১৯৮০ গী এপ্রিল তাং কুন নিপালদা ফোংখিবা প্রজাতন্ত্র পাবিহৌদবরা ?"

"খংজহৌদরেনে খুড়া · ?

"থাইরবন্দ বাজারদা পোৎফম ফমজবী লুপী অম' লম্বীদা পেট্রোলিং লাকপা সি, আর, পিগী গাড়ী মমুংদগী পাইথোক্লকপা নোংমৈ গুলিনা পান্দূনা শিরে হায়খিবহু নন্দো'ন্নি। ঘটনাদ শেন্দবদগী শাট্রবা নহা:রাল শিংগী মরক্তগী অচৌব মোব অন' থোক্লকখি খুনক্তা চুকান থাং থিংনখি।" স্বোর চাউনা হোন্দোক্লগা মপি তৈথোকই।

"অতুদগীদি ... .. . ... ...... ?"

"অতুদগীদি ননাউ অতুস্থ শাউখিহুনা মমাগী লমন খুম্বা ভংদ্রিনখে হন্নকখিরোই হায়রম্মগা থোকখি। মহাকস্থ সি, আর, পিগা কাম্পবদা মায়খিখরে। মমা মচাগী শরুগী পোলা'নি খংননবা শক্ত মচেৎ খর য়োমহুনা থমলি। ননাউহুনা লৈখিদবগা কোম্বিং অপারেশন তৌরকখি। নচনদি মবোকহোইদা চৎখিবনা লৈহৌদ। হকচাং অসি থবক য়াদবমখ থুদেক্কুনা থম্বীরম্রে। মহাকী মথক্তস্থ রারেন্ট লৈরে তারকপদগী ইমা লৈবাকপু হন্নকখিগে খুরম্লম্মগা থোরকপনি।

মরিংজেল খাবদ' মৈতৈ মচা হ'য়নরিবনি। মর'ং হৌখরে ছাত্র মচাশিং মীরৈ বাক মচা তাম্বগী নহ'রোল কয়া খুৎলাইগা লোইননা চোংথোক্লরক্লে, মীতৈ লমদম মীখুৎত শিন্নবা পামদ্রে হায়নহুনা। ইশান করিস্থ তৌগ্রিঙৈদদি পাঙ্গল খরতস্থ থোক্লম্মী। অনি মরিতস্থ মতৌ মানশিন্নদনা লৈরগা হাৎনবা হোৎনরম্মী। অতুরু হৌজিক্তি মতুস্থ ভমখিদ্রে ........। গৌহাটী রাজবাড়ীদা থুংগে চংলুবনি। পুলিসনা খংনরকপদগী অপারেশন তৌব হৌরকখিব উবদা কনাদস্থ মৈতৈ মচানি তাক্লমদনা ওভাররীজগী মথোংদ পুল্সি লেল্লকখি। মকম অতুদদি পৈশাগী য়ায়া মথৌনি। নিপা মচাসিনা বাবুগী রা নীংশিংলকখি। ফরগজ্রা থন্দূনা লাক্লবনি। তনান তনান লৈবহু ঐগীস্থ য়ায়া হৈনবী

ওইরম্মী। অতুবু ফংতবদি মৈতৈ মচানিদো। পৈশা খর পান্নবদগী পুলিসতা তাকশিনখিত্বনা ফাগ্রবদি অভাংশিংসে কনাননো য়েংবিহো-গদবা ? অতুনা মতৌ অসুম্না লৈরগা মতমতু ঙায়রিবনি জাতিগী মনুংদ মুংশিনবগী অকম্বা শাফু লাক্কুনা থম্মোই থম্মোই চাংদম্নরগা মতুগী অচেৎপা খুৎলাইতুতনা ইমা লৈবাক্কী মমায়দ পক্লিবা মায়হিং কোকহনবা শোইদনা ঙম্নকখিগনি থাজহনা। থাসিগী মতুংদা নোংমদি পূর্ণিমা ওইরক্কনে ?

মৈতৈ মচান মৈতে ময়ুমদগী হুরাবগী শরুক্তা ময়াংদগী হুরুবগা, অরা-অনান মখা চিক্কুনা পুন্সি লেল্লিবশিংহুদা পিথোক্লগা শোগৎপিরবদি করিগীদি মীনুংশি লৈনরোই, মীখা পোন্নিংগদ্রা ? খজিক্কং মচিন খিন্দোরকপদা করম্না য়েথসিগে হান্ন খন্নে; অতুগুম্নবা জাতিগী মীওইনবুদি অরাব নংদনা কনানদি নংই হায়বগে ?"

মখা শমদবা ঙমদনা তুমিন লৈখিরম্মী। ঐসু রা ভাংব থোক্লক্কত্নুনা মায় লৈথোক্লগা থোরক্লম্মী। তপ্লি তপ্লি বাবলুনা তুং ইম্নরকপা হায়-ফেৎনা উরকই। অহন অতুনা তুংলোমদগী মুরুম-মুরুম শোলহৌব ভারকখি—"শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো ! করিগামুক থোকহন্দীখিগদৌরিবা ? ননাইদি করিস্নু খংজদবনি। নংগী দর্শন ফংহনীংদ্রবরানে প্রভূ·· ···?"

নীংঙম্মকখিদে— হকচাং কয়াংকী মতোং য়াউরকখিদ্রতুনা শরুঙাক্ত কাউগৎলবা শরুগী পোলাং মরক্তা অহনতুগী খারবা মথম্মোইনা পায়নিংলিবা নীংতম ফিরালদা মতু মচাগী মথরাইনা নোক্লগা "ইমা লৈবাক্লা জয় ওইরে", শৈশরুকপা শৈরোলতু তাব ফংগ্ররোইদরা খল্লুবদা। ঐনা খংহৌদনা হায়দোকখিরম্মী—"বাবলু চেনখৎলক্কুই ছইনা চিন্নবদি।"

• • •



# অইবগী হান্নবা তমজন্নবা খুদোলশিং :-

১) ব্রাখল মৈরা (শৈরেং)

২) পৃথিবী নংস্থু হৌংঙু (বারিমচা)

৩) পুন্সি ঈরা (শৈরেং)

৪) মঙগী চিরাঙ তান্নব্রিঙে (বারিমচা)

কোংজন্নবা—

১) লৈচিন নোংকাই মরক্তা (বারিমচা)

২) নং অমস্থুং এ (শৈরেং)

৩) মালবীকা (উপন্যাস—প্রেসতা লৈরিবা)

"থরাইগী মরক্তা কংবা শরুখুদি, পুন্সিগী মরক্তা কংগ্রবস্থু থোইনা রারোররোর ......।" ....... মসি ঈথৌ লাংলবী কনাগী থম্মোই মোইথেম লাইরা নত্তে। [illegible] থোংনা পাক্লরগা, ভাইবং লমজাউদা কোইনা চংনিংনা য়েংজরিবী, পুক্লিং মকা লামন্নবস্থু, অথাং কবগী রাখলনা মথা চিক্লগা হে[illegible] পুন্সিবু নীংতমক্ত, থাক মকাদ থম্মোই লোংচন্নবী, উজাতিগী লমক থরাই থাব পাম্নুরক্ত বী, লাঙ্গর শম্বন থুদেক্লগা মীম্মাং, থাবগী রাখলনা নৈহথলবী, চম্নরক্তগী অথোয়বী, অথন্নবা মচা[illegible]ম শক্লাইরবী, নোংডাম্নমদাই নোংপোক অতিয়াদ থোকপা শক্তিকুম তোমখিন ভায় চোংথোরক্লবী, হুংশিবু থম্মোই কাচিন্না লোংতুনা থম, পাবনা পামম শা, অথাউবনা রাশক ভাক, অইবনী কক্লনা লৈকোনম্না ভাইথাইরক, থথোংন [illegible] থোইশা থোংনিবী মালবীকাগী, থম্মোই থোক্ল কাঙনা পাউমখি। হুংশিবীনিংন্নবস্থু [illegible] [illegible] [illegible] পুন্সি লেখী [illegible] অতুডদি [illegible] মীংচিনা হায়রকে ওইরস্থু [illegible] ........ কা [illegible] ......।